দাদা ভগৱান প্ররুপিত

# দান













Manipuri

(অকীবা নত্রগা নুংঙাইতবা পীদবা কনাগুম্বা জীব
অমত্তবু মদুগুম্বা শাজৎলোন ওইবা)

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,
1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,
Opp. Navrangpura Police station,
Navrangpura Ahmedabad: 380009
Gujarat,India.
Tel: +91 79 3500 2100, +91 9328661166/77



**First Edition : ** 500 copies May, 2023

**ভাৱ মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং
‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ভাৱ !

**Price** : 60 ₹

**Printer** : Amba Multiprint, in front of H.B Kapadiya New
High School, Chhatral-Pratapura Road, Chhatral,
Ta.Kalol, Dist.Gandhinagar-382729, Gujarat.
Phone : +91 7935002142

**ISBN/eISBN** : 978-93-91375-45-4

**Printed in India**

# ত্রি-মন্ত্র








নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজঝায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহুনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম

পঢমম হব্বই মঙ্গলম ॥১॥

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥২॥

ওঁ নমঃ শিবায় ॥৩॥

জয় সচ্চিদানন্দ



## দাদা ভগৱান কনানো?

ইং1958গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং৬ মতম্নি, মীয়াম্না, পীক-থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে স্তেশনদা ফমলিবা শ্রী এ.এম পাতেল মওং ওইবা হকচাং-মন্দির 'দাদা ভগৱান'বু মপুংফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মহৌশানা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং১গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরম্মী। 'ঐ কনানো? ভগৱান কনানো? জগত কনানা শিল্লীবনো? কর্ম করিনো? মুক্তি করিনো? 'অসিদসু নত্তনা জগতকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা থোংফম লম্বী প্রগত ওইখি।

মহাক্না ফংখিবগুম্না, মদুগুম্না শুপ্নতগী পুং২গী মনুংদা অতোপ্পবুসু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তগী। মদুবু 'অক্রম লম্বী' কৌই। ক্রম হায়বদি সিরীগী মথক্তা সিরী, মথং-মনাও নায়না মথক্তা কাবা! অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা, লিফ্টকী লম্বী, শোর্ট-কট।

মহাক মশামক্না মীওই খুদিংমকপু 'দাদা ভগৱান কনানো'?মদুগী মরি-মথোং ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী মদুদি, ''মসি অদোম্না উরিবসি মহাক দাদা ভগৱান নত্তে, ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা প্রগত ওইরিবা, মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। লোক ১৪গী মপুনি।মহাক অদোমদসু লৈ, পুম্নমক্তসু লৈ। অদোমদা ফোংদোক্তবা মওংদা লৈ অমসুং 'মসিদা' ঐহাক্কী মনুংদা মপুংফাবা মওংদা ফোংদোক্লি।ঐহাক ইশামক ভগৱান নত্তে।ঐহাক্কী মনুংদা প্রগত ওইরিবা দাদা ভগৱানবু ঐহাক্সু খুরুমজে।"

## আত্মাজ্ঞান ফংন্নবগী প্রত্যক্ষ লিঙ্ক

পরম খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান(দাদাশ্রী)না 1958তা আত্মাজ্ঞান প্রগত ওইখি। মদুগী মতুংদা 1962দগী 1988ফাও দেশ-বিদেশ কোইদুনা মুমুক্ষুশিং(মুক্তিবু ফংনিংলিবা)বু সতসঙ্গ অমদি আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লম্মী।

দাদাশ্রীনা লৈরিঙৈদা খুরুমজনিংঙাই ওইরবা ডা. নীরু বহেন অমীন(নীরু ইমা)বু আত্মাজ্ঞান ফংহন্নবগী জ্ঞানসিদ্ধি খুৎশিন্নখি। দাদাশ্রীনা হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা নীরু ইমানা মদুগুম্না মুমুক্ষুশিংবু সতসঙ্গ অমসুং আত্মাজ্ঞানবু ফংহন্নবা, নিমিত্ত ভাৱদগী তৌরম্মী।

আত্মাজ্ঞানী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেসাইবু দাদাশ্রীনা সতসঙ্গ তৌন্নবগী সিদ্ধি খুৎশিন্নখি। হৌজিক খুরুমজনিংঙাই ওইরবা নীরু ইমাগী অশীর্বাত্তগী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেশ-বিদেশতা নিমিত্ত ভাৱদগী আত্মাজ্ঞান ফংহল্লি।

মসি আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংদা, মুমুক্ষু লিশিং কয়ানা সংসারদা লৈরসু, মথৌ পুম্নমক পাংথোক্তুনা মুক্তা লৈদুনা আত্মাদা লৈবগী নুংঙাইববু অনুভব তৌইরি।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরিলৈন্না ঙাংথোকরকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোর্ট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি। ওরিজিনেল মওং ওইনা গুজরত্তি লোনদা পুথোকপা ওই। মসি মদুগী ওরিজিনেল লাইরিক্তুদগী হন্দোকপনি। তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা থোক্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিন্বা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক বর্দান মওং ওইনা থুদম ওইগনি।

পুথোকচারিবা লোন-হন্থোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজৈ মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মনিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু থঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা মফম খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্থোক্লা ময়েক শেংনা থঙনবগীদমক ইজবনি। হায়বদি মফম থরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মনিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি। দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মনিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা। মসি নত্তবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পিজরি।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মনিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজৈ তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুত্তগনি। কনাগুম্বনা জ্ঞানবু খমথেংনা থঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু থঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না থঙহনজরি।

লোন হন্দোকপগা মরিলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org

# Editorial

পুণ্য তৌন্নবা তোঙান-তোঙাল্বা লম্বীশিংগী শাস্ত্রশিংনা অমসুং ধর্মগুরুশিংনা ফোংদোক্লি। মদুগী মনুংদা অমনি, দান। দান হায়বদি অতোপ্পবু ইশাগী করিগুম্বা খরা পীদুনা মহাকপু নুংঙাইবা পীবা মদু।

দান পীবগী চৎনবীদি মীওইবগী পুন্সিদা অঙাং ওইরিঙৈদগী শাগোন্নদুনা লাক্লি। অমসুং অপীকপা অঙাং ওইরগদি, মহাকপুসু লাইশঙদা পুবীরি, অদুগা মপান্দা লাইরবা মীয়ামশিংবু পৈশা য়েলহল্লি, চান্নবা য়েলহল্লি, লাইশঙদা দান পেটীদা পৈশা থাদহল্লি। মতৌ অসুম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী দানগী সঙস্কার ফংদুনা লৈরি।

দান পীবা মতমদা মনুংগী অজগ্রুতি লৈরগদি পীদুনসু অমাংবা ওইরি, মদুগী সুক্ষমগী এক্সপ্লেনেসন মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা তৌরি। দান পীবা মতমদা করম্বা জগ্রুতি থমগদবগে? খ্বাইদগী ৱাংবা দান করম্বনো? দান করম-করম্বা মওংদগী ওইবা য়াবগে? মদুগী মতুংদা ভাৱনাশিং করম্না থমগদবগে? দান কনাবু পীগদবনো? অসিনচীংবশিং। মথল কয়াগী দানগা মরিলৈন্বা ৱাফমশিং দাদাশ্রীগী জ্ঞানৱাহৈগী মতেংনা চেন্থরিবা মদুবু পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা থোমজিন্দুনা নল্লি। কনাগুম্বা খঙনীংনা পানিংলিবনা দান পীবদা খ্বাইদগী অফবা লমজিংবা ওইগনি।

**– ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# দান

## দান করিদমক্কী ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি দান অসি করিগীদমক্কী তৌরিবনো?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মহাক্না দান পীদুনা করিগুম্বা খরা লৌবা পাম্মী। নুংঙাইবা পীদুনা নুংঙাইবা লৌবা পাম্মী। মোক্ষকীদমক দান পীবা ওইদে। নুংঙাইববু মীয়ামদা পীরবদি অদোম্না নুংঙাইবা ফংগনি। অদোম্না পীরিবদু, মদুবু ফংগনি। মরমদুনা, মসিদি নিয়মনি, মদুদি পীবদগী ঐখোয়না ফংলি, ফংবা ওইরি। লৌবা ওইবদগী মতুংদা চৎখিবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ব্রত তৌবনা ফব্রা নত্রগা করিগুম্বা খরা দান তৌবনা ফব্রা?

**দাদাশ্রী :** দান তৌবা হায়বদি, লৌবুক্তা মরু-হুন্দুনা থাবা। লৌবুক্তা মরু-হুন্দুনা লাকপা, মতুংদা মদুগী মহৈ ফংগনি। অমসুং ব্রত তৌবদগী মনুংদা জাগ্রুতি হেঙ্গৎকনি। তৌইগুম্বসুং শক্তীগী মতুং-ইন্না ব্রত তৌন্বগী ভগৱান্না হায়রি।

## দানগী অর্থদি নুংঙাইবা পীবা

দান হায়বদি অতোপ্পা কনাগুম্বা জীববু, মীওইবা ওইরসু নত্রগা অতোপ্পা শা-ঙা ওইরবসু, মহাকপু নুংঙাইবা পীবা, মদুগী মমীং দান। অমসুং পুম্নমকপু নুংঙাইবা পীবা মরমদুনা মদুগী 'রীএকসন' ঐখোয়না নুংঙাইবা থক্তা ফংই। নুংঙাইবা পীরবদি খুদক্তা নুংঙাইবা অদোম্না য়ুমদা ফম্লবসু লাক্কনি!

অদোম্না দান পীরি, মতমদুদা অদোম্না মনুংদা নুংঙাইবা ফাওই। ইশাগী য়ুমগী পৈশা পীরি, মদু ওইজরবসু নুংঙাইবা ওইরি, মরমদি অফবা থবক তৌরি। অফবা থবক তৌরবদি নুংঙাইবা ওই অমসুং ফত্তবা থবক তৌরবদি, মদুগী পুংফমদুদা অৱাবা ওই। মদুদগী ঐখোয়না খংবা ঙম্মী মদুদি করম্বনা, অফবা

অমসুং করম্বনা ফত্তবা?

## নুংঙাইবা ফংন্বগী উপায়

**ৱাহং-হংলিবা :** পূক্নীংগী শান্তী ফংন্নবগীদমক মীওইবনা কনাগুম্বা লাইরবা, কনাগুম্বা তৌবা ঙমজদবগী সেবা তৌবা নত্রগা ভগৱানগী ভক্তি তৌবা নত্রগা কনাগুম্ববু দান পীবা? করি তৌবা য়াবগে?

**দাদাশ্রী :** পূক্নীংগী শান্তী পাল্লগদি ইশাগী পোৎ অতোপ্পবু পীজগদবা। হয়েং আইসক্রীম দব্বা থন্না পুদুনা লাকউ অমসুং মখোয় ময়ামবু পীজৌ। মদুগী মতমদুদা নুংঙাইবা নহাক্না কয়াম্না ওইবগে, মদু নহাক্না ঐঙোন্দা তম্মু। মখোয় ময়াম্না আইসক্রীম চাগদবা নত্তে। নহাক্না নহাক্কী শান্তীগী প্রয়োগ তৌদুনা য়েংউ। মখোয়না নিংথমথাদা করিগুম্বা লেম্না লৈবা ওইদে, আইসক্রীম চান্নবা। মতৌ অসুম্না নহাক্না লৈরিবা মফমদুদা কনাগুম্বা শা-ঙা লৈরবদি, মসি য়োং লৈদনা, মখোয়বু চানা থাদরবদি মখোয়না চোংখৎ-চোংখৎলি। মদুদা নহাক্কী নুংঙাইবগী অরোইবা লৈরোই। মখোয় চাগনি অমসুং নহাক্কী নুংঙাইবগী লোইখম্বা লৈররোই। মসি খুনুশিংবু নহাক্না চেং থাদদ্রিঙৈ মদুগী মমাংদগী খুনুশিংনা অসিগুম্না চোংখৎ-চোংখত্তুনা তৌরি। অমসুং নহাক্না থাদবগা, নহাক্কী নশাগী পোৎ অতোপ্পবু পীবগা মনুংদা নুংঙাইবা হৌবা ওইগনি। হৌজিক কনাগুম্বা মীওইনা লম্বীদা তুরবদি অমসুং মহাক্কী মখোং তেক্লবদি অমসুং ঈ-থোকপা, মদুদা নহাক্না নশাগী খুদৈ শেগায়দুনা অসিগুম্না পুনশিল্লি, মদুগী মতমদুদা নহাক্না নুংঙাইবা ওইগনি। ফনমক লুপা ১০০মগী খুদৈ ওইরবসু, মদুবু শেগায়দুনা নহাক্না পুনশিল্লবদি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মতমদুদা নহাক্না অদুক্কী-মতীক নুংঙাইবা ওইগনি।

## দান, কদায়দা পীগনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** ধর্ম খরাদা অসিগুম্না হায়রি মদুদি করিগুম্বা খরা তানশিল্লিবদু, মদুদগী পরসেন্টেজ খরা দান তৌ, ৫-১০% দান তৌ, মদু ওইরগদি মদু করম তৌবগে?

**দাদাশ্রী :** ধর্মদা দান তৌবদা অকায়বা লৈতে, তৌইগুম্বসুং মফমদুদা ধর্মগী সনস্থা লৈবা অমসুং লক্ষ্মীগী ধর্মদা সদুপয়োগ(অফবদা শিজিন্নবা)

ওইরগদি মদুদা পীয়ু। ফত্তবদা শিজিন্নবা মদুগী মফমদুদা পীগনু, অতোপ্পা মফমদা পীয়ু।

পৈশা অফবদা চৎনবা, অসিগুম্লা য়াম্না মরুওইনা ধ্যান পীয়ু। নত্রগদি অদোমগী মফমদা পৈশা য়াম্না লৈজরবসু, মদু ওইরগদি মখোয়না অদোমবু অনেম্বা মপোক্তা পুবা ওইগনি, মরমদুনা মদুগী পৈশাশিংদুগী করিগুম্বা মফমদা সদুপয়োগ (অফবদা) শিজিন্নৌ। তৌইগুম্বসুং ধর্মচার্য়াশিংনা পৈশা লৌরোইদবনি।

## ওনশিল্লু লক্ষ্মী, ধর্মরোমদা

পৈশাবু শেন্নবা, মদুদি য়াম্না লুবা ওই! মসিদগীদি য়ামদনা পৈশা তাম্বা মদুনা ফৈ। মসিদা থা ১২দা লুপা ১০,০০০ তাম্বা অমসুং লুপা ১০০০ ভগৱানগী মসিদা থমলগদি, মদু ওইরগদি মহাকপু করিগুম্বা অৱাবা লৈতে। কনাগুম্বনা লাক্ষ-লাক্ষ পীবা, অমসুং মহাক্না লিশিং পীবা, অনিমক চপ-মান্নে, তৌইগুম্বসুং লিশিংসু, করিগুম্বা খরা পীগদবনি। ঐহাক্না করি হায়বগে হায়বদা করিগুম্বা অমত্তা পীদবা, অসিগুম্লা থমগনু, য়ামদবা মদুদগীসু করিগুম্বা খরা পীয়ু অমসুং য়াম্বা ওইবা অমসুং মদু ধর্মগীরোমদা ওনশিল্লগদি, মতুংদা ঐখোয়গী ইথৌদাং লৈত্রে, নত্রগদি খুদোং-থীনিংঙাই ওইরি। য়াম্না অৱাবা ওই মদুদি। পৈশাবু শেন্নবা, হায়বদি য়াম্না অৱাবা ওইরি। ষণশিং, ইরোইশিং শেন্নবনা ফৈ, ঊচুক অমদা পুল্লগদি অয়ুক ফাওবা চৎথিবদি ওইদে। তৌইগুম্বসুং পৈশা শেন্নবা য়াম্না অৱাবা ওই। অৱাবা, উপাধী পুন্নমক...

## করিগীদমক তুংদ্রিবনো, লক্ষ্মী ?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না লুপা ১০,০০০থাগী ওইনা তাল্লি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী মনাক্তা লক্ষ্মীজি করিগীদমক তুংদ্রিবনো?

**দাদাশ্রী :** ইং ১৯৪২গী মতুংগী লক্ষ্মী তুংবা ওইদে। মসি লক্ষ্মী অসি, মদু পাপকী লক্ষমীনি, মরমদুনা তুংবা ওইদে। হৌজিক্তগী চহী ২-৫গী মতুংগী লক্ষ্মী তুংগনি। ঐহাক জ্ঞানীনি, মদু ওইজরবসু লক্ষ্মী লাকই, তৌইগুম্বসুং তুংবা ওইদে। মসিদি ইনকমটেক্স থিন্বা, মদুখক লক্ষ্মী লাক্লগদি য়ারে।

**ৱাহং-হংলিবা :** লক্ষ্মী তুংবা ওইদে, মদু ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** লক্ষ্মীদি তুংবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে, তৌইগুম্বসুং মদুগী লম্বী অদু হোংদোক্কদবনি। মহাক্না চৎপা লম্বীদুদা, মদুগী ইচেল অদু হোংদোকউ অমসুং ধর্মগী লম্বীদা ওনশিলহল্লু। মদুনা অফবা লম্বীদা চৎলিবমখৈ, মদুমখৈ য়ারে। ভগৱান লাক্লবদি, মতুংদা লক্ষ্মী তুংবা ওই, মহাক য়াওদনা লক্ষ্মী করম্না তুংগনি? ভগৱান লৈরগদি, মফমদুদা থৎন-চৈন্বা লৈতে অমসুং লক্ষ্মীজি মতোমতা লৈরগদি মোৎ-খেৎন্বা অমসুং থৎন-চৈন্বা ওইবা ওইরি। মীয়াম্না লক্ষ্মী য়াম্না তান্বা ওই, তৌইগুম্বসুং মদু মাংবা ওইরি। কনাগুম্বা পুণ্যওইবগী মখুৎতা লক্ষ্মী অফবা লম্বীদা খর্চ তৌবা ওই। লক্ষ্মী অফবা লম্বীদা খর্চ তৌরগদি, মদু য়াম্না লুম্বা পুণ্য কৌগনি।

ইং ১৯৪২গী মতুংদা লক্ষ্মীদা করিগুম্বা মগুণ অমত্তা লৈতে। হৌজিক লক্ষ্মী মতীক-চাবা মফমদা খর্চ তৌবা ওইদে। মতীক-চাবা মফমদা খর্চ তৌরগদি, য়াম্না ফৈ হায়গনি।

## চৰোন-শুৰোন তৰেৎ ফাওবা তুংবা ওই লক্ষ্মী..

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগুম্না ইন্দিয়াদা ক্ষতুরভাই লাল্ভাইগী চারোন-শুরোন লৈরি, মদু ওইরগদি মদু চারোন-শুরোন ২, ৩, ৪ ফাও পৈশা চত্তুনা লৈ, মহাক্কী মচাগী মচা ফাওবা। মসি অমেরিকাদদি করম্না তৌবগে মদুদি চারোন-শুরোন লৈবা ওই, তৌইগুম্বসুং য়াম্না লৈবা ওইরগদি চহী ৬-৮দা পুম্নমক লোইবা ওই। নত্রগা পৈশা লৈবা ওইরগদি চৎথিবা ওইরি অমসুং লৈতবা ওইরগদি পৈশা লাকপসু ওইরি। মদু ওইরগদি মদুগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মফমদুগী পুণ্য লৈদনা, ইন্দিয়াগী পুণ্য, মদুগী পুণ্য য়াম্না কন্না নপন্বা ওইরি মদুদি চামথোক্লগসু, মতুংদা চৎপা ওইদে অমসুং পাপসু অসিগুম্না নপন্বা ওইরি মদুদি চামথোক্লগসু, মদু ওইজরগসু চৎপা ওইদে। মরমদুনা, ৱৈষ্ণৱ ওইরগসু নত্রগা জৈন ওইরগসু, তৌইগুম্বসুং মহাক্না পুণ্য য়াম্না কন্না পুশিল্লি মদুদি ফনা চামথোকপা ওইজরবসু চৎপা ওইদে। হায়বদি পেটলাদকী মবুংচেন-চাওবা সেঠ, রমণলাল সেঠনা চারোন-শুরোন ৭ ফাও নুংঙাই-য়াইফরম্মী। য়োমপাক্না তৌ-তৌদুনা পৈশা পীদুনা লৈরম্মী মীয়ামবু, মদু ওইরবসু

কৈদৌঙৈদা অৱাৎপা অমত্তা লাক্তে। মহাক্না পুণ্য য়াম্না ফজনা পুনশিল্লি, *সচোট* (লেংদবা ওইনা)। অমসুং পাপসু অসিগুম্না *সচোট* পুনশিল্লি, চারোন-শুরোন ৭-৭ ফাও লৈত-লাইরবা মুৎপা ওইদে। অদুক্কী মতীক অৱাবা ফুগৎপা ওই, হায়বদি একসেস ওইবা ওই অমসুং মেদিয়মসু লৈবা ওইরি।

মসিদা অমেরিকাদদি পাথোকপসু ওই অমসুং মতুংদা ফমথবসু ওই অমসুং অমুক-হন্না পাথোকপসু ওইরি। ফমথবা মতুংদা, অমুক হন্না পাথোকপা ওইরি। মসিদদি কুইথবা ওইদে অমসুং মদুদা ইন্দিয়াদদি ফমথবা মতুংদা শৌন্নবা হোৎন্বদা টাইম য়াম্না চংই। মরমদুনা মদুদদি চারোন-শুরোন ৭ ফাও চৎথরম্মী। হৌজিক পুণ্য পুন্নমক হন্থবা ওইরে। মরমদি করি তৌবগে হায়বদা? ক্সতুরভাইগী মসিদা কনা পোকপগে? মতমদুদা হায়, অসিগুম্বা পুণ্যওইবা মহাক-কুম্না তৌবা, মহাক থক্না মফমদুদা পোক্কনি। মতুংদা মহাক্কী মদুদা কনা পোকপগে? মদুগুম্বা পুণ্য ওইবনা মতুংদা মদুদা পোকপা ওই। মদুদা ক্সতুরভাইগী পুণ্যনা থবক তৌদে। মদুগী মতুংদা অনীসুবা মদুগুম্বা লাক্লগদি মতুংদা মহাক্কী পুণ্য। মরমদুনা কৌরি ক্সতুরভাইগী চারোন-শুরোন অমসুং ঙসিদি অসিগুম্বা পুণ্য ওইবা কদায়দা লৈবগে? হৌজিক ঙসিদগী মসি চহী ২৫গী মমাংদদি কনাগুম্বা মরুওইবা অসিগুম্বা লৈতে।

## নত্রগদি গটরদা চেন্থবা ওইগনি...

মমাংঙৈদদি লক্ষ্মী চারোন-শুরোন ৫ফাও তুংলম্মী, চারোন-শুরোন ৩ ফাওদি তুংলম্মী। মসিদি লক্ষ্মী চারোন-শুরোন ১ ফাও তুংবা ওইদে। মসি মতমগী লক্ষ্মী করম তৌবগে? চারোন-শুরোন ১ ফাও তুংবা ওইদে। মহাক্না লৈবা মতমদা লাকই অমসুং মহাক্কী লৈবা মতমদা চৎপা ওইরি, অসিগুম্বা লক্ষ্মীনি মসি। মসিদি *পাপানুবনধী পুণ্য*(পাপপু পুনশিন্বা পুণ্য)গী লক্ষ্মীনি। মদুদা থজিক্তং *পুণ্যনুবনধী পুণ্য*(পুণ্যদগী পুণ্য পুনশিন্বা)গী লক্ষ্মী লৈরগদি, মদু ওইরগদি অদোম মসিদা লাক্লবগী ইথিল ফাওবা ওই। মসিদা উনাহন্বা ওই অমসুং অদোমদগী মসি খর্চ তৌহল্লি। অফবা লন্বীদা লক্ষ্মী চৎলগদি, নত্রগদি পুন্নমক উফুন ওইনা ওনগদৌরি। পুন্নমক গটরদা চৎথিগনি...মসি অঙাংশিংনা ঐখোয়গী লক্ষ্মী নুংঙাই-থোক্লিদনা অমসুং ঐখোয়না অঙাংদা হায়রবদি মদুদি নহাক্না ঐখোয়গী লক্ষ্মী

নুংঙাইথোকই, মদুদা মখোয়না হায়গনি, ‘অদোমগী করন্না? ঐখোয়না ঐখোয়গী মদুবু শিজিন্নরি’, অসিগুম্না হায়গনি। মরমদুনা, গটরদা চৎখিদনা পুন্নমক!

## অহেন্বা অদুবু চেন্থহল্লু, ধর্মগীদমক...

মসিদি সমাসকী ইনফ্লুৱেন্সতগী অতোপ্পশিংবু য়েংদুনা তস্মী। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা জ্ঞানীদা হংলগদি, মদু ওইরগদি মহাক্না হায়গদি মদুদি ‘নত্তে, মহাক্না করিগী অসিগুম্না মসি খোংবান অসিদা তারিবনো?’...মসি অৱাবগী খোংবানদগী থোক্লক্লি, মতমদুদা মসি পৈশাশিংগী খোংবান্দা অমুক-হন্না তারি?...য়াম্না য়াম্বা ওইরগদি থাদৌ ধর্মদা, মসিদগী। মদুখক নহাক্কী হিসাবতা তুংশিন্বা ওইরি। অমসুং মসি বেঙ্গী তুংবা ওইদে। অমসুং অৱাবা লাক্লরোই নঙোন্দা। ধর্মগী থক্তা পীবা ওইরগদি, মহাকপু অৱাবা ওইদে।

## মদুগী খোংজেল অদু হোংদোকউ

দরকার ওইরবা মতমদদি ধর্ম থক্তনা অদোমবু মতেং-পাঙদুনা লেপতুনা লৈগনি, মরমদুনা ধর্মগী খোংজেলদা লক্ষমীজিবু চৎহল্লু। থালি সুষমকাল থক্তদা (তীর্থঙ্কর ভগৱান লৈরিঙৈদা) লক্ষ্মীদা মোহ তৌবা মতীক চাবনি। মদুগী লক্ষ্মীজি অদুদি লাক্তে! হৌজিক মসি সেঠশিংনা হার্ট ফেল অমসুং ব্লড প্রেসর কনানা তৌহন্বগে? মসি মতম অসিগী লক্ষ্মীজি থক্তনা তৌহল্লি।

পৈশাগী স্বভাৱ করম তৌবগে? কোইলেং-লেংবা। মরমদুনা লাকই অমসুং নোংমগী নুমিৎ অমদা চৎখিনি। মরমদুনা পৈশা মীয়ামগী কান্নবগীদমক খর্চ তৌগদবনি। হৌজিক অদোমগী অৱাবা উদয় লাক্লবদি, মতমদুদা মীয়ামদা পীখিবদুনা, মদুনা অদোমবু হেল্প তৌগনি। মরমদুনা হান্নদগী খঙগদবনি। পৈশাশিংবু সদুপয়োগ (অফবদা শিজিন্নবা) তৌগনিদনা?

চারিত্রদগী জ্ঞানতাবগা সংসার পুন্নমক মায়-পাক্লে। মতুংদা পুন্নমক, চাগদবা অদু, মদু চাবা-থকপা অমসুং অহেন্বা ওইরগদি, পীজৌ। অতোপ্পা তৌগদবা করিবু লৈবগে?...করিবু পুবা য়াবগে?... পৈশা অতোপ্পশিংগীদমক খর্চ তৌখিবা, মদুগী পৈশাদুখৈ ঐখোয়গী। মদুমখৈ লাক্কদবা মপোক্কী তুংশিন্বা। মরমদুনা কনাগুম্বনা লাক্কদৌবা মপোক্কী পৈশা তুংশিনগে হায়রগদি পৈশা অতোপ্পগীদমক খর্চ

তৌ। মতুংদা অতোপ্পা জীব, মদুদা কনাগুম্বা জীব, মতুংদা মদু ক্বাক ওইরগসু অমসুং মহাক্না মসিখক চারগসু, মতমদুদসু অদোমগী পৈশা তুংশিনগনি। তৌইগুম্বসুং অদোম অমসুং অদোমগী অঙাংশিংনা চাবা, মদু পুম্বা অদোমগী পৈশা তুংশিন্বা নত্তে। মদুদি গটরদা চৎথ্রে। মদু ওইজরবসু গটরদা চৎপা অদু থিংবসু য়াদে, মরমদি মদু অনিৱার্য় (তৌদবা য়াদবা) নি। মরমদুনা করিগুম্বা নাম্থোকপা য়াব্রা? তৌইগুম্বসুং লোয়না-লোয়না খঙগদবনি মদুদি অতোপ্পগীদমক খর্চ তৌদ্রগদি, মদু পুম্বা গটরদা চৎপা ওইরি।

মীওইবশিংবু পীজদ্রগদি অমসুং লৈত্র-লৈত্রগা কৱাকপু পীজৌ, উচেকশিংবু পীজৌ, পুম্নমকপু পীজরগদি মদু ওইরগদি মদু অতোপ্পশিংগী খর্চ তৌবনি হায়না লৌগনি। মীওইবশিংগী পুখমগী মমলদি য়াম্না ৱাংবা ওইরিদনা? উচেকশিংগী পুখমগী মমলদি য়ামদেদনা? মতমদুদা তুংশিন্বসু খজিক্তং ওইগনিদনা?

## পূক্নীং শোয়রি, মরমদুনা...

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না মতম খরা ইশাগী তানশিন্বা অসিদগী ৩% ধর্মগী ওইবা থবক্তা পীরম্মী, তৌইগুম্বসুং মদু পুম্বা লেপথ্রে। পীথি-পীথিবশিংদু, মদু হৌজিক পীবা ঙমদে।

**দাদাশ্রী :** মদুদি অদোম্না তৌগদবনি, মদু ওইরগদি চহী ২গী মতুংদসু লাক্কনি। মদুদদি করিগুম্বা অমত্তা অৱাৎপা লৈতে, মদুদদি পীকথন্না লৈরি। অদোমগী পূক্নীং শোয়রগদি, মদু ওইরগদি করি তৌগনি?

## লাক্লগদি পীবা নত্রগা পীরগদি লাকপা ?

মীওই অমগী মসিদা বঙ্গলোদা ফম্লম্মী অমসুং নোংলৈ-নুংশিৎ লাকপা। মরমদুনা থোংসিংদু য়ৈশিন্দুনা মখোল থোংলম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী, 'মসি নোংলৈ-নুংশিৎ লাক্লি। থোংশিং পুম্নমক লোনশিনলুরা?' ঐহাক্না হায়, 'থোংশিং পুম্নমক থিংজিনগনু, মনুংদা চংলক্নবা থোং অমদি হাংউ অমসুং মপান থোকন্বা থোং অদু থিংজিল্লু, মতুংদা মনুংদা নুংশিৎ কয়াম্না চংলকপগে? পীকথন্বা অদু হাংল-কান্দা, মতমদুদা নুংশিৎ মনুংদা চংলক্কনিদনা? নত্রগদি নোংলৈ-নুংশিৎ অকনববু ওইজরবসু মনুংদা চংলক্লোই।' মতুংদা মহাকপু এক্সপেরিয়েন্স তৌহল্লি।

মতমদুদা ঐঙোন্দা হায়, 'হৌজিক, মনুংদা চংলক্তে।'

মসি নোংলৈ-নুংশিৎ অসিগী অসিগুম্বনি। লক্ষ্মীবু করিগুম্বা থিংলগদি লাক্লোই। লৈরিবা মদুমখৈ থন্না অদুম-থন্না লৈগনি। অমসুং মশোমদগী চংহল্লগদি অতোপ্পা মায়গৈদা লাকপা ওইগনি। করিগুম্বা থিংশিনদুনা থল্লগদি হান্নগী হান্নগুম্না লৈগনি। লক্ষ্মীগীসু থবক অসিগুম্ননি। হৌজিক করম্বা লম্বীদা চংথোকহনগনি, মদু অদোমগী অপামবগী মতুং ইল্লি মদুদি নুপী-অঙাংশিংগী নুংঙাইনবগীদমক চংহনগদ্রা নত্রগা মীং-চংনবগীদমক চংহনগদ্রা নত্রগা জ্ঞান দানগীদমক চংহনগদ্রা নত্রগা চান্নবগীদমক চংহনগদ্রা? কনাগীদমক চংহলগনি মদু অদোমগী মথক্তা লৈ, তৌইগুম্বসুং চংহল্লগদি অতোপ্পা লাক্কনি। চংহন্দ্রগদি, মদুগী করি ওইগনি? চংহল্লগদি অতোপ্পা লাক্তব্রা? হোয়, লাকই।

## হোংদোক্লবা ..ইচেলগী মাইগৈশিং

মখল কয়াগী দানশিং লৈ, মসি খঙব্রা অদোম? মখল মরীগী দানশিং লৈ। য়েংউ! অমনা চান্বগী দান, অনীসুবদা হিদাক-লাংথক্কী দান, অহুমসুবদা জ্ঞান দান অমসুং মরীসুবদা অভয়দান (অকীবা নত্রগা নুংঙাইতবা পীদবা কনাগুম্বা জীব অমত্তবু মদুগুম্বা শাজংলোন ওইবা)।

## অহান্বদা চান্বগী দান

অহান্বা মখলগী দান অদুদি চান্বগী দান। মসি দান অসিগীদমক্তদি অসিগুম্না হায় মদুদি ইবুংঙো মসিদা কনাগুম্বা মীওই ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্লগদি অমসুং হায়রগদি, 'ঐহাকপু করিগুম্বা খরা পীয়ু, ঐ চাক-লাম্বনি।' মতমদুদা হায়, 'ফম্মু, মসি চাবীয়ু। ঐহাক্না নহাকপু পীজগে', মদু চান্বগী দান। মতমদুদা মকোক লৈবনা করি হায়বগে হায়বদা? মসি মশা-মঊফবা অসিবুসু পীজগদৌরি, মতুংদা নুমিদাং ৱাইরমদা করম তৌনা পীজগনি? মদুদা ভগৱান্না হায়, 'নহাক্না অসিগুম্বা কোক পুরক্কনু। মসি মীওই অসিনা পীজরি মদু ওইরগদি মহাক্না ঙসিগী নুমিৎ অসিদি হিংগনি। হয়েং মতুংদা মহাকপু হিংন্নবা কনাগুম্বা থেংনগনি। মতুংদা হয়েংগী ৱাখল ঐখোয়না খল্লোইদবনি। অদোম্না অতোপ্পা প্রোব্লেম তৌগনু মদুদি হয়েং মহাক্না করি তৌগনি? মদুদি হয়েং মহাক্না ফংগনি অমুক-হন্না। অদোম্না মসিদা চিন্তা তৌরোইদবা মদুদি মতম পুম্নমক্তা পীবা ঙমগদ্রা নত্রগা

ঙমলোইদ্রা। অদোমগী মসিদা লাকপা মরমদুনা অদোম্না মহাকপু পীবিয়ু, করিগুম্বা পীবা য়াবা মদু। ঙসিদি হিংঙিদনা, মদুখক! মতুংদা হয়েং মহাক্কী অতোপ্পা করিগুম্বা পরিণাম ওইগনি, অদোম্না অৱাবগী মথৌ তাদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** চান্নবগী দান খ্বাইদগী ৱাংবা হায়না লৌবা ওইরি?

**দাদাশ্রী :** চান্নবগী দান অফবনি হায়না লৌই, তৌইগুম্বসুং চান্নবগী দান কয়াম্না পীবা ঙমবগে? করিগুম্বা মতম চুপ্পগী পীবা ওইদেদনা মীয়াম্না। চরা অমা পীজবা ঙম্লগদি য়াম্না ফরে। অতোপ্পা চরা অদুদি মতুংদা ফংবা ওইগনি। তৌইগুম্বসুং ঙসিগী নুমিৎ, চরা অমথক্লা, নহাক্লা হিংবা ওইদনা! হৌজিক মসিদসু মীয়াম্না অরেম-অপা অদুবু পীবা ওইরি নত্রগা অনৌবা থোংদুনা পীবরা?

**ৱাহং-হংলিবা :** লেমহৌবা অদু, মদুবু পী, মশাগী থৱায়-চাকপদগী নান্থোকপা ওইরি। লেমখ্রবদি হৌজিক করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরবসু মদুগী সদুপয়োক(অফবা শিজিন্নবা) তৌই, ঐহাক্কী ইবুংঙো। তৌইগুম্বসুং নৌনা থোংদুনা পীরগদি, মতমদুদা ঐহাক্না হায়গনি মদুদি করেক্টনি। ৱীতরাগশিংগী মসিদা করিগুম্বা লো লৈরমগদ্রা নত্রগা গপ্প তৌবা য়াব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে, নত্তে, গপ্প করম্না লৈরমগনি?

**দাদাশ্রী :** ৱীতরাগশিংগী মসিদা চৎতে, অতোপ্পা মফম পুন্নমক্তা চৎপা ওইরি।

# ঔষধ(হীদাক্কী) দান

অমসুং অনীসুবদা ঔষধ(হীদাক্কী) দান, মদু চান্নবগী দানদগী হেন্না ফবা ওইরি। ঔষধদানদগী করি তৌবগে? অচম্বা ফিবমগী মীওই ওইরগদি, মহাক্না নাবা ওইবা অমসুং হোসপীতালদা চৎপা। অমসুং মফমদুদা কনাগুম্বনা হায়রবদি মদুদি অরে ডোক্টরনা হায়, তৌইগুম্বসুং হিদাক পুরক্লবা লুপা ৫০ ঐহাক্কী নাক্তা লৈতে, মরমদুনা হিদাক করম্না লৈগনি? মতমদুদা ঐহাক্না মদুদি

মসি লুপা ৫০ হীদাক্কী অমসুং লুপা ১০না তোঙান্না। নত্রগা হিদাক মদুবু ঐখোয়না ফ্রীদা পীবা করিগুম্বদগী পুরক্কুনা। ঐখোয়না পৈশা খর্চ তৌদুনা হিদাক পুরক্কুনা ফ্রী ওফ কোস্ট পীগনি। মদু ওইরগদি মহাক্না হিদাক লৌরগদি মহাক্না চহী ৪-৬ হিংগনি। চান্নবগী দানগা চাংদম্নবদা হীদাক্কী দাননা হেন্না কান্নবা ওইরি। খঙবা ঙমব্রা অদোম্না? করম্বদনা হেন্না কান্নবগে? চান্নবগী দাননা ফব্রা নত্রগা হিদাক দান?

**ৱাহং-হংলিবা :** হীদাক্কী দান।

**দাদাশ্রী :** হীদাক্কী দানবু চান্নবগী দানদগী খ্বাইদগী তাংবা ওইনা লৌই। মরমদি মহাক্না থা ২ ফাও হিংবা ওইরি। মীওইববু মতম শাংনা হিংহন্বা ওইরি। অনাবদগী খজিক্তং ওইরবসু মুক্তি (নান্থোকহন্বা) পীবা ওইরি।

মসি নত্তনা চান্নবগী দান অমসুং হীদাক্কী দানদি ঐখোয়গী মসিদা মহৌশা ওইনা নুপীশিং অমসুং অঙাংনসু পুম্নমক্না তৌদুনা লৈ। মদু য়াম্না তাংবা দান নত্তে, তৌইগুম্বসুং তৌগদবনি। অসিগুম্বা কনাগুম্বা থেংনরগদি, মতমদুদা ঐখোয়গী মসিদা কনাগুম্বা অৱাবা মীওইবা লাক্লগদি, মদু ওইরগদি মহাকপু পীগে খন্দুনা লৈরগদি মদুবু খুদক্তা পীয়ু।

# অৱাংবা জ্ঞানদান

মতুংদা মদুগী মমাংদা জ্ঞানদান হায়রি। জ্ঞানদানদা লাইরিকশিং নম্বা, মীয়ামবু জ্ঞান তাহন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা পুরকপা অমসুং মীয়ামগী য়াইফবা ওইন্বা, মদুগুম্বা লাইরিকশিং নম্বা অসিনচিংবা মদু, জ্ঞানদান! জ্ঞানদান পীবা, মদু ওইরগদি অফবা মপোকশিংদা, অৱাংবা মপোকশিংদা চৎপ্রা নত্রগা মোক্ষতসু চৎপ্রা।

মরমদুনা মরুওইবা পোৎ জ্ঞানদান ভগৱান্না হায়রি অমসুং পৈশাগী দরকার ওইদবা মফমদুদা, মদুদা অভয়দানগী ৱাফম হায়রি। পৈশাগী লৌবা-পীবা লৈবদুদা, মদুদা মসি জ্ঞানদানগী হায়রি অমসুং ইচম-চম্বা ফিবম, শোন্বা-ফিবমগী মীয়ামশিংবু হীদাক্কীদান অমসুং চান্নবগী দান, অনী অসিগী হায়রি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং পৈশা লেপ্পগদি, মহাক্না মদুগী দান অদুদি

তৌগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** দানদি খ্বাইদগী ফবনি। অৱাবা লৈবদুদা মদুদা অৱাবা অদুবু হন্থহল্লু অমসুং অনীসুবদা অফবা লম্বীদা শীজিন্নৌ। মীয়াম্না অফবা লম্বীদা চৎন্বা অসিগুম্বা জ্ঞানদান তৌ। মসি মালেম অসিদা ৱাংবা জ্ঞানদাননি। অদোম্না ৱাহৈ অমবু থঙলগদি অদোমবু কয়াম হেন্না কান্নবা ওইরি। হৌজিক মদুগী লাইরিক মীয়ামগী মথুক্তা চৎলগদি মদু ওইরগদি কয়াম্না হেন্না কান্নবা ওইগনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক ফজনা থঙবা ওইরে..

**দাদাশ্রী :** হোয়্, মরমদুনা কনাগুম্বগী মনাক্তা পৈশা হেন্না লৈরগদি, মদুবু জ্ঞানদান মরুওইনা তৌগদবনি।

হৌজিক মদুগী জ্ঞানদান করম্না ওইগদগে? মীয়ামবু কান্নগদবা অসিগুম্বা জ্ঞান ওইগদবনি। হোয়্, হুরান্বশিংগী ৱা তানবগীদমক নত্তে। মদুদি মথাদা ওন্থহন্বা ওইরি। মদু পারগদি নুংঙাইবদি ফাওই মদুদা, তৌইগুম্বসুং মথাদা অধো( অনেম্বা) মপোক্তা চৎপা ওইরি।

## অৱাংবগী অৱাংবদা অভয়দান

অমসুং মরীসুবা অভয়দান। অভয়দানদি, কনাগুম্বা জীব খুদিংমকপু অকীবা অমদি অৱাবা পীদবা মদুগুম্বা শাজৎলোন থম্বা, মদু অভয়দান।

**ৱাহং-হংলিবা :** অভয়দান খরা হেন্না থঙহন্বীপীয়ু।

**দাদাশ্রী :** অভয়দান হায়বদি ঐখোয়দগী কনাগুম্বা জীববু খজিক্তং ফাও অৱাবা ওইদবা। মদুগী খুদম পীগে। ঐহাক্না সিনেমা য়েংবা চৎলম্মী, চহী নৌরিঙৈদা, চহী ২২-২৫ মতমদা। মদুদা হল্লকপদা নুমিদাংগী পুং১২-১২.৩০ তাবা ওই। থোঙনা চত্তুনা লাকপা ওই মদুদা খোঙুপ মখোল থোকপা ওইরম্মী। ঐহাক্না য়োৎ খোঙুপ্তা থাবা ওইরম্মী, মরমদুনা মখোল থোক্লম্মী অমসুং নুমিদাংদা মখোল য়াম্না ফজনা তারম্মী। নুমিদাং হুই তুল্লি, মখোয়না পোত্থদুনা তুম্বা ওইরি, মখোয়না অসিগুম্না তৌদুনা মনা থাংগৎপা ওই। মতমদুদা ঐহাক্না থঙখি মদুদি খংবা ওইরি মহাক্না ঐহাক্কী মরমদগী। ঐহাক্না অসিগুম্না করম্না পোক্লিবা মসি

সোসাইতি অসিদা মদুদি ঐঙোন্দগী হুই ফাও কীবা ওইরি। মরমদুনা হান্নদগী, লাপতক্না খোঙুপ লৌথোক্তুনা খুৎতা পুদুনা লাকই অমসুং তুমিন্না লাকই, তৌইগুম্বসুং মহাকপু থংবা ওইহন্দে। মসি চহী য়ামদ্রিঙৈ মমাংদা ঐহাক্কী এক্সপেরিমেন্ট। ঐখোয়গী মরমদগী থংবা ওইদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, মহাক্কী তুম্বদা অথিংবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মতুংদা মহাক্না থংবা ওইদনা, মদু ওইরগদি মশাগী স্বভাৱ হোংদেদনা। মতুংদা করিগুম্বা খোংবসু য়াই, স্বভাব ওইদনা। মরমদুনা মহাকপু তুমহল্লু, মদুদা করি কায়বগে? মহাক্না সোসাইতি ওইবশিংবুদি খোংদে।

মরমদুনা অভয়দান, কনাগুম্বা জীববু খজিক্তং ফাও অৱাবা ওইদবা, অসিগুম্বা ভাৱ হান্না থমগদবা অমসুং মতুংদা মদু শীজিন্নবদা লাকই। ভাৱ তৌবা ওইরগদি শিজিন্নবদা লাকপা ওইরি। তৌইগুম্বসুং ভাৱ ফাওবা তৌবা ওইদ্রগদি? মরমদুনা মসিবু অচৌবা দান হায়রি ভগৱান্না। মদুদা পৈশাগী করিগুম্বা দরকার ওইবা ওইদে। খ্বাইদগী ৱাংবদগী ৱাংবা দানসু মসিনি, তৌইগুম্বসুং মসি মীওইবনা পাঙথোকপা ঙমদে। লক্ষ্মী লৈবা ওইরসু, মদু ওইরগসু অসিগুম্না তৌবা ঙমদে। মরমদুনা লক্ষ্মী লৈবশিংবু লক্ষ্মীদগী(দান) লোইশিনগদবনি।

হায়বদি মসি মখল মরীগী দান নত্তনা অতোপ্পা মখলগী দান লৈতে, অসিগুম্না ভগৱান্না হায়রি। মসি নত্তনদি পুন্নমক্তদি দানগী ৱা ঙাংলি, মদু পুন্নমক ৱাথলনা-মাঙলান শাবনি। মসি মখল মরী থক্কী দান লৈরি, চান্নবগী দান, ঔষধদান মতুংদা জ্ঞানদান অমসুং অভয়দান। ঙল্লিবমথৈ মদু ফাও অভয়দানগী ভাৱনা পূক্নীংদা তৌদুনা লৈগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অভয়দানদগী মসি দান অহুম অসি থোক্লকপা ওইরি। মসি মপোক অসিদগী?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্বনি মদুদি অভয়দানদি অৱাংবা মীওইবনা তৌবা ঙম্মী। কনাগুম্বগী মফমদা লক্ষ্মীজি লৈতবা, অসিগুম্বা ইচম-চম্বা মীওইসু মসি তৌবা ঙম্মী। অৱাংবা পুরুষশিংগী মফমদা লক্ষ্মীজি লৈবা নত্রগা লৈত্রগসু। হায়বদি লক্ষ্মীজি লোয়ন্না মহাক্কী ব্যাবহার লৈতে, তৌইগুম্বসুং অভয়দানদি মহাক্না শুংশোয়দনা তৌবা ঙম্মী। মমাংঙৈদা লক্ষ্মী লৈবশিংনা অভয়দান তৌরম্মী,

তৌইগুম্বসুং হৌজিক মঙোন্দগী মদু তৌবা ঙমদে, মথোয় তৌবা ঙমদবা ওইরি। লক্ষ্মী থক্তা তানদুনা লাক্লিদনা, মদুসু মীয়ামবু কীহন-কীহন্দুনা।

**ৱাহং-হংলিবা :** ভয় (অকীবা) দান তৌরি?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্না হায়বা য়াদে। অসিগুম্না তৌদুনসু জ্ঞানদানদা খর্চ তৌইদনা! মসিদগী করিগুম্বা অমা তৌদুনা লাক্লগসু, তৌইগুম্বসুং মসিদা জ্ঞানদানদা খর্চ তৌবা ওইরি। মদু খ্বাইদগী অথোইবনি, অসিগুম্না ভগৱান হায়রি।

## জ্ঞানী থক্তনা পী, 'মসি' দান

মরমদুনা খ্বাইদগী ৱাংবা দান অভয়দান, অনীসুবা নম্বরদা জ্ঞানদান। অভয়দানগী ভগৱান্নসু থাগৎপা ফোংদোক্লি। অহান্বদা, কনাগুম্ববু নঙোন্দগী কীদবা, অসিগুম্বা অভয়দান পীবা। অনীসুবদা জ্ঞানদান, অহুমসুবদা ঔষধদান অমসুং মরীসুবদা চান্নবগী দান।

জ্ঞানদানদগী হেন্না হেন্বা অভয়দান! তৌইগুম্বসুং মীয়াম্না অভয়দান পীবা ঙমদেদনা! মদু জ্ঞানী থক্তনা অভয়দান পীবা ঙম্মী। জ্ঞানী অমসুং জ্ঞান্নীগী ইমুং-মনুং লৈরি, মথোয় অভয়দান পীবা ওই। জ্ঞানীগী ফোলোঅর্স লৈরি, মথোয়না অভয়দান পীরি। কনাগুম্ববু অকীবা ফাওদন্বা মদুগুম্না লৈবা ওইরি। মাংদা লৈরিবা অদু অকীবা লৈতবা ওইবা, মদুগুম্বা শাজৎলোন ওই। হুই ফাওবা কীদন্বা মদুগুম্না মহাক্কী শাজৎলোন ওই। মরমদি কনাগুম্ববু অৱাবা পীরগদি মদু ওইরগদি মশাগী মনুংদা য়ৌবা ওই। মাংদা লৈরিবা অদুবু অৱাবা পীবগা মশাগী মনুংদা য়ৌই। মরমদুনা ঐখোয়দগী কনাগুম্বা জীববু খজিক্তং ফাও অকীবা ওইদন্বা অসিগুম্না লৈয়ু।

## 'লক্ষ্মী' অহুমসিদা লাকই

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি লক্ষ্মী দান তৌবগী মফম লৈতব্রা?

**দাদাশ্রী :** লক্ষ্মীদান, মদু জ্ঞানদানদা লাক্লে। হৌজিক অদোম লাইরিকশিং নম্লবদি, মদু ওইরগদি লক্ষ্মী মদুদা লাক্লে, মদু জ্ঞানদান।

**ৱাহং-হংলিবা :** লক্ষ্মীগী মতেংনা পুন্নমক পাঙথোকপা ওইদনা? চান্নবা দানসু লক্ষ্মীগী মতেংনা পীবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** হীদাক পীগে হায়রগদি ঐখোয়না লুপা ১০০গী হিদাক পুরক্তুনা মঙোন্দা পীবা মতমদুদা? হায়বদি লক্ষ্মীদি পুন্নমক্তা খর্চ তৌগদবনি, তৌইগুম্বসুং লক্ষ্মীগী অসিগুম্না দান ওইরগদি, খ্বাইদগী ফৈ।

## মদু মতৌ করম্না পীগনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মরমদুনা দানশিংদা লক্ষ্মীগী মরীক চুম্না ফোঙদোকপা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** হোয়, চুমদ্রিং-চুম্না পীবসু তৌরোইদবনি। পীয়ু মসিগুম্বা জ্ঞানদানগী মওংদা হায়বদি লাইরিকশিং নমদুনা পীয়ু নত্রগা চানবগীদমক শেমশাদুনা পীয়ু। চুমদ্রিং-চুম্না লক্ষ্মী পীনবগী করিগুম্বদা হায়বা ওইদে।

## সনাগী শেনজোয়গী দান

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী ধর্মদা ফোংদোক্লি মদুদি হান্নদি সনাগী শেনজোয়গী দান পীরম্মী, মদুসু লক্ষ্মীবু কৌইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু সনাগী শেনজোয়গী দান লৈরম্মীদনা, মদুদি অখন্নবা মীয়াম খক্তবু পীরম্মী। মদুদি মীয়াম পুন্নমকপু পীবা ওইরমদে। সনাগী শেনজোয়গী দানদি, শ্রমণ ব্রাহ্মণ খরাশিংবু, মখোয় পুন্নমক্তা হায়বদি কনাগুম্বনা মচানুপীগী লুহোংবা অথিংবা ওইবা। অনীসুবদা, সংসার চৎন্বগীদমক মখোয়না পুন্নমকপু পীরম্মী। মসি নত্তনদি অতোপ্পা পুন্নমকপু সনাগী শেনজোয়গী দান পীবা ওইদে। ব্যাবহার লৈবা, শ্রমণ ওইবা, মখোয় খক্তবু পীগদবনি। শ্রমণ হায়বদি মখোয়না কনাগুম্বদগী নিবা ঙমদবা। মদুগী মতমদুদা য়াম্না ফাবা লম্বীদা পৈশা খর্চ তৌরম্মী। মসিদি হৌজিক্তি ফারে। ভগৱান লাইশঙ শাইদনা, মদুসু 'অহেন্বা পৈশা'দগী শাবা ওইরি। মসি য়ুগ অসিগী ইফেক্টনিদনা!

## জ্ঞান্নীগী মীৎয়েংদগী...

**ৱাহং-হংলিবা :** বিদ্ধ্যদান, পৈশাগীদান, মসি দান পুন্নমক্তা অদোমগী

মীৎয়েংদগী করম্বা দাননা হেন্না ফবগে? অনম্বা মতমদা মসিদা চমন্নবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** বিদ্ধ্যদান খ্বাইদগী ফবা হায়না লৌই। লক্ষ্মী লৈবা মহাক্না বিদ্ধ্যদান, জ্ঞানদানদা লক্ষ্মী পীগদবনি। জ্ঞানদান হায়বদি লাইরিকশিং নম্বা নত্রগা অনিসুবা-অহুমসুবা করিগুম্বা অমা তৌবা। জ্ঞানবু করম্না শন্দোক্কনি? মদুগীদমক্তা পৈশা খর্চ তৌগদবনি। লক্ষ্মী লৈবা মহাক্না অমসুং লক্ষ্মী লৈতবা মহাক্না অভয়দানগী শিজিন্নবা তৌগদবনি। কনাগুম্ববু অকীবা ওইদবা, মদুগুম্না ঐখোয়না চেকশিন্না চৎকদবনি। কনাগুম্ববু অৱাবা ওইদন্বা, অকীবা ওইদন্বা মদুবু অভয়দান কৌবা ওইরি।

দানগী মতাংদা, মীয়াম্না মমীং চৎন্বগীদমক দান পীবা ওইরি, মদু য়োগ্য ওইদে। মমীং চৎন্বগীদি ফক্লাংদা নেম প্লেট থেৎলিদনা! অমসুং মেমোরিয়েল অদু কনামত্তগী লৈত্রে, অমসুং মসিদা পীথিবা লোয়ন্না করম কান্দা লাকপগে? বিদ্ধ্যা শন্দোক্লবা, জ্ঞান শন্দোক্লবা অসিগুম্বা করিগুম্বা তৌরগদি, মদু ওইরগদি মদু লোয়ন্না লাক্কনি।

## কান্বা ওইগদবা মদুগী লাইরিক থবক্কীনি

**ৱাহং-হংলিবা :** ধর্মগী লাইরিক লাক্ষ-লাক্ষ কয়া নল্লী, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমত্তনা পাবীদে।

**দাদাশ্রী :** মদু চুম্মী। অদোমগী মসি ৱাফম অসি চুম্মী। কনাগুম্বা অমত্তনা পাদে। অসিগুম্না অদুম তাদুনা লৈরি পুন্নমক। পাবা ওইরগদি, মদুগুম্বা লাইরিক ওইরগদি থবক্কীনি। অদোম্না হায়রিবসি চুম্মী। হৌজিক করিগুম্বা লাইরিক অমত্তা পানদ্রে। থারি ধর্মগী থক্কী লাইরিকশিংবু নমদুনা লৈরি। মদুগী মহারাজ অদুনা করি হায়বগে হায়বদা? ঐহাক্কী মমীংগী নমউ। মদুগী মহারজ অদুনা মশাগী মমীং হাপ্পী। মশাগী দাদাগুরুগী মমীং হাপ্পী। হায়বদি, ঐখোয়গী দাদা মদু ওইরম্মী, মহাক্কী দাদাগী দাদা অমসুং মহাক্কী দাদা... মদু ফাও য়াউবা ওই। মীয়াম্না মমীং চৎপা পাম্মী। অমসুং মদুগীদমক ধর্মগী লাইরিকশিং নম্মী। ধর্মগী লাইরিকশিং অসিগুম্না ওইগদবনি মদুদি জ্ঞানদুনা ঐখোয়বু কান্নবা ওইবা। অসিগুম্বা লাইরিক ওইরগদি মীয়ামবু কান্নবা ওইগনি। অসিগুম্বা লাইরিক নম্বা ওইরগদি মদু কান্নবা ওই, নত্রগদি অসিগুম্না লম্বী খঙদনা চৎপগী করি অর্থ?

অমসুং মদুসু অনম্বা মীওইনা পাদে। অমুক্তুং পাদুনা থমখিবা ওইরি, মতুংদা কনাগুম্বা অমত্তনা পাবা ওইদে। অমসুং অমুক্তং ওইরবসু কনাগুম্বনা লোইবা ফাওবা পাবা ওইরি। মীয়ামবু কানগদবা অসিগুম্না নম্বা ওইরগদি ঐখোয়গী পৈশাগী অফবদা শীজিন্নবা ওইন্বা অমসুং মদুসু পুণ্য ওইবা মতমদুদা থক। পৈশা অফবা ওইবা মতমদা নম্বা য়াই, নত্রগদি নম্বা য়াদে। অসিগুম্বা সনয়োগ লাকপা ওইদেদনা! পৈশাগী লাক্কনি অমসুং চৎকনি অমসুং ক্রেডিত ডেবিত ওইদনদি তোক্তে। অদোমগী মসিদা করম্বা নিয়ম ওইবগে? ক্রেডিত ওইদুনা লৈব্রা নত্রগা ডেবিতসু ওইব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** সাইড অনীমক্লি।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি মতম লৈবদা ক্রেডিট-ডেবিট ওইদুনা লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইগদবনি।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মদুগী লম্বী অনী লৈ। ডেবিট অফবা লম্বীদা চৎপা ওই নত্রগা গটরদা চৎপা ওই। তৌইগুম্বসুং মদুদগী লম্বী অমদদি চৎলি। মুম্বৈ পুম্বগী পৈশা গটরদা চৎপা ওইরি! পৈশা পুন্নমক গটরদা চৎপা ওইরি...

# মুম্বৈ হায়বদি পুণ্য ওইবশিংগী মেলা

**ৱাহং-হংলিবা :** খ্বাইদগী অচৌবা দান মুম্বৈদা ওইবা ওইরি। লাক্ষ-লাক্ষশিং-করোরশিংগী পৈশা দানদা পীবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মদুগী দান অদু মমীং-চৎন্বা দাননি পুন্নমক অমসুং কয়াম্না ফজখ্রবা পোৎশিংসু লৈরি। হীদাক্কীদান ওইবা ওইরি, অসিগুম্বা অফবা পোৎ কয়ানি। হায়বদি অতোপ্পসু য়াম্না লৈ মুম্বৈদা।

**ৱাহং-হংলিবা :** মখোয় পুন্নমকপু কান্নবা ফংব্রা নত্রগা ফংদব্রা?

**দাদাশ্রী :** য়াম্না কান্নবা ওই। মখোয়দি থাদোক্তেদনা মদুগী কান্নবা অদু! তৌইগুম্বসুং মসি মুম্বৈসিদা পৈশা কয়াম্না লৈরিবা? মসিগী মরমদগী, মসিদা হোসপীতাল কয়া অমা লৈরিবা। মসি মুম্বৈ অসিগী পৈশা য়াম্না লৈরি, সমুদ্রগুম্না পৈশা লৈরি অমসুং সমুদ্রদা চৎপা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মুম্বৈ থক্তদা লক্ষ্মী ফংবা ওই, মদুগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** মুম্বৈ থক্তদা লক্ষ্মী ফংই? নিয়মদি অসিগুম্বনি মদুদি মুম্বৈদা খ্বাইদগী ৱাংবদগী ৱাংবা পোৎ চিংশিন্দুনা লাকপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু লৈবাক অদুগী মগুণরা?

**দাদাশ্রী :** লৈবাক্কী মরম্ননি। মুম্বৈদা ৱাংবদগী ৱাংবা পোৎশিং চিংশিনদুনা লাকপা ওইরি। মরোকসু খ্বাইদগী ৱাংবদগী ৱাংবা, মহান পুরুষ, মখোয়সু মুম্বৈদা লৈবা ওইরি অমসুং খ্বাইদগী নেম্বদগী নেম্বা, লমচৎ ফত্তবা, মখোয়সু মুম্বৈদা লৈবা ওইরি। মুম্বৈদা ক্বালিটি অনীমক লৈ। হায়বদি থুঙ্গংদা থিবা ওইরগদি ফংবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মুম্বৈদা চপ-মান্নবা ওইবা মীয়াম লৈদনা?

**দাদাশ্রী :** পুন্নমক পুণ্য লৈবশিংগী মেলানি মসি। পুণ্য লৈবশিংগী মেলানি মখল অমগী। অমসুং পুণ্য লৈবা পুন্নমকপু চিংশিনদুনা লাক্লি।

মুম্বৈগী মীয়াম্না পুন্নমক য়াম্বা চৎপা ওই। মখোয় অতোপ্পা করিসু তৌবা ওইদে। অমসুং মশাগী থোঙদা করিগুম্বা কনাগুম্বগী থোঙুপনা নেৎলবদি, মদু ওইরগদি প্লীজ, প্লীজ তৌবা ওই। ফুবা ওইদে। প্লীজ, প্লীজ তৌই। অমসুং থুঙ্গংদদি ফুই। মরমদুনা মসি মুম্বৈগী মীয়ামবু ডেবলপ কৌবা ওইরি।

# পৈশা চৎলি গটরদা

মীয়ামগী পৈশা গটরদা চৎপা ওইরিদনা, অফবা লম্বীদা কনাগুম্বা পুণ্য লৈবা থক্তগী ওইনা চৎলিদনা! পৈশা গটরদা চৎপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পুন্নমক চৎলিদনা!

**দাদাশ্রী :** মসি মুম্বৈগী গটরদদি য়াম্না য়াম্বা পৈশা, মপৈ-মপৈ পৈশা চৎথ্রে। মোহ থক্তগী, মোহ ওইবা বজারনিদনা! য়াম্না থুনা পৈশা চৎপা ওই। পৈশাদুদি অরান্বনিদনা! পৈশাসু অচুম্বা নত্তে। অচুম্বা পৈশা ওইরগদি, মদু ওইরগদি অচুম্বা লম্বীদা খর্চ তৌবা ওই।

হৌজিক মালেম পুম্নবগী পৈশা গটরদা চৎপা ওইরি। মসি গটরশিংগী পাইপ পাকপা ওইরি, মদু করিগীদমক্কী মদুদি পৈশাবু চৎন্নবা মফম দরকার ওইদনা? তানশিন্বা পুম্নমক চা-থক্তুনা, চেন্থদুনা গটরদা পুম্নমক চৎলি। পৈশা অমথক ফাও অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ওইদে, অমসুং পৈশা খর্চ তৌবদু, কোলেজদা দান পীবা, মদুদা পীবা, মদু পুম্নমক ইগোইজম। ইগোইজম নত্তবা পৈশা চৎলগদি মদু অচুম্বা কৌই। মসি নত্তনদি মসিদি অহংকারবু পীজ-পীথক্তুনা লৈবা ওই, মমীং চৎপা অদু ফংদুনা লৈ মথন্তা। তৌইগুম্বসুং মমীং-চৎপা ফংবগী মতুংদা মদুগী মহৈ লাকপা ওইরি। মতুংদা মদুগী মমীং-চৎপা অদু করিগুম্বা মমায়-লৈথোকপা ওইরগদি মতমদুদা করি থোকপা ওইবগে? ফত্তনা ঙাংন্বা ওইরি। মতম অদুদা অৱাবা থক্তা ওইবা ওই। মসিগী মহুৎতা মমীং চৎন্বগী অসা অসি থল্লোইদবনি। মমীং চৎন্বগী অসা থল্লগদি, মতমদুদা ফত্তনা ঙাংন্বা লাকইদনা? মমীং চৎন্বগী অসা লৈতবদুনা, মহাক্কা করিগী ফত্তনা ঙাংন্বা লাক্কনি?

## অফবা লম্বীদা খর্চা তৌ

পৈশাদি লোইবসু য়াই অমসুং খুদক্তা থন্বসু য়াই। অফবা থবক্কীদমক ঙাইদুনা লৈগনু। অফবা থবক্তা খর্চ তৌবা, নত্রগদি গটরদদি চৎখ্রে মীয়ামগী পৈশা। মুম্বৈদা লুপা করোর কয়া গটরদা চৎখি মীয়ামগী, য়ুমদা শিজিন্নবা অমসুং অতোপ্পগীদমক খর্চ তৌদবা মদু পুম্নমক গটরদা চৎখ্রে। মদু ওইরগদি হৌজিক নুংঙাইতবা ফাওরি। ঐহাক্না হায় মদুদি গটরদা চৎখ্রে, মতমদুদা হায় 'হোয়, অসিগুম্না ওইরিউ' মতমদুদা অপঙ! হান্নদগী চেকশিন্না লৈগনিদনা? হৌজিক অমুক-হন্না লাক্লগদি চেকশিন্না লৈয়ু। মতমদুদা হায়, 'হোয়, অমুক-হন্না থোকহল্লোই।' মতুংদগী লাক্কনিদনা! পৈশাদি হেঙগৎ-হন্থনা লৈগনি। করিগুম্বা চহী অনী অৱাবদা চৎলি, মতুংদা চহী ৫ অফবা ওইরি, অসিগুম্না চত্তুনা লৈরি। তৌইগুম্বসুং অফবা লম্বীদা খর্চ তৌবা, মদুদি কান্নবা ওইগনিদনা? মদুমখৈ ঐখোয়গী, লেমহৌবা পুম্নমক মীতোপ্পকী।

অদুক্কী মতীক তাল্লি, তৌইগুম্বসুং কদায়দা চৎখিবগে? গটরদা। ধর্মগীদমক পীবরা? মদুদা হায়গনি, মদুগী পৈশাদুদি ফংবা ওইদে, তুংশিন্বা ওইদ্রগদি করম তৌনা পীগনি? মদু ওইরগদি পৈশা কদায়দা চৎখ্রে। মসিদি

কনানা হৌহন্বগে অমসুং কনানা চাবগে? তাল্লিবদুগী, মহাক্কী পৈশা নত্তে। খর্চ তৌরিবা মহাক্কী পৈশানি। মরমদুনা অনৌবা ওৱরদ্রাফ্ট থাখিবা মদু অদোমগী। থাখিবা ওইদ্রগদি অদোম্না খঙলো।

## দান হায়বদি থাদুনা মরু-লোকপা

**ৱাহং-হংলিবা :** আত্মা অমসুং দানদা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈতে মদু ওইরগদি মতুংদা মসি দান তৌবগী দরকার ওইৱা নত্রগা ওইদৱা ?

**দাদাশ্রী :** দান হায়বদি করিনো হায়বদা পীদুনা লৌবা। মসি জগত অসি খোন্থাংগী শক্তম্নি। মরমদুনা অদোম্না তৌবা মদুগুম্না খোন্থাং তাবা ফংগনি, মদুগী শেন্দোইগা লোইন্না। মরমদুনা অদোম পীয়ু অমসুং লৌ। মসি মমাংগী মপোক্তা পীবা, অফবা থবক্তা পৈশা খর্চ তৌখি, অসিগুম্না করিগুম্বা তৌখি, মদুগী ঐখোয়গী মহৈ ফংলি। হৌজিক মতুংদা অসিগুম্না তৌদ্রগদি উফুল ওইবা ওইগনি। ঐখোয়না লৌবুক্তগী গেহুদি পুদুনা লাকই মন ৪০০, তৌইগুম্বসুং ইবুংঙো মদুগী মন ৫০ থাবা ওইদ্রগদি মতুংদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি হৌররোই।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্ননি মসি পুন্নমক। মরমদুনা পীয়ু। মদুগী খোন্থাং থোক্কনি, অমুক হান্না লাক্কনি, মশীং হেন্না ওইদুনা। মমাংগী মপোক্তা পীখি, মরমদুনা অমেরিকাদা লাকপা ঙম্মী, নত্রগদি অমেরিকাদা লাকপা অরাইৱা? পুণ্য কয়া তৌবা, মতমদুদা প্লেনদা ফম্বা ফংই। মীওই কয়ানদি প্লেন ফৌবা উদ্রি।

## লক্ষ্মী মদুদা অমুক হন্না লাকই

অদোমগী য়ুম হান্নদগী শ্রীমন্ত(নুংঙাইয়াইফবা)ওইরম্মী দনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না পুন্নমক মমাং মপোক্কী কর্মগী মহৈনি।

**দাদাশ্রী :** মীওই কয়াবু হেল্প তৌখিবা ওইরগদি, মতমদুদা লক্ষ্মী ঐখোয়গী মসিদা লাক্লি, নত্রগদি লক্ষ্মী লাক্লোইদনা! কনাগুম্বনা লৌন্বা অসিগুম্বা অপাম্বা লৈ, মহাক্কী মনাক্তা লক্ষ্মী লাক্তে। লাক্লগদি চৎখিবা ওই, লেপ্পা ওইদে। করিগুম্বা অমা নত্রগা অমবু তৌরগা লৌগনি, মহাক্কী মনাক্তা লক্ষ্মী লাকপা

ওইদে। লক্ষ্মীদি পীন্নবগী অপাম্বা লৈবা মহাক্কী মদুদা থক লাকপা ওই। কনাগুম্বনা অতোপ্পগীদমক হুমাংতাবা, খঙনা-খঙনা কথোকপা, নোবিলিটি থম্বা, মফমদুদা লাকপা ওই। য়েংবদদি চৎখিবা, অসিগুম্না মাল্লি, তৌইগুম্বসুং লাক্তুনা মতুংদা মদুদা লেপ্পা ওই।

# য়েংউ ! দান পীহৌদনা তোক্কনি

মদুদি লাক্লবা, মতমদুদা পীগনিদা। অমসুং করিগুম্বা লৈত্রগদি পূক্নীংদা করি থম্বগে, খঙব্রা? ঐহাক্কী নাক্তা লাক্লবা মতমদা পীগনি। অমসুং লাক্লবা, মতমদুদা পৈশা য়াওবা ইনবেলপ অদু নকন অমাদা থম্বা ওইরি। নত্রগদি মীওইবগী স্বভাবতি করম তৌবগে হায়বদা মদুদি হায়বা ওই, 'হৌজিক্তি লাকপা ওইরি। লাক্ষ ১গা মথায় লৈ, লাক্ষ ২ মপুংফাবগা, মতুংদা পীগনি।' অমসুং মহাক্না মদুগুম্না অদুম লৈহৌবা ওই। অসিগুম্বা থবক্তদি মীৎউইশিন্দুনা পীবা, মদুনি সানা।

**ব্রাহং-হংলিবা :** লাক্ষ ২ ওইবগা, মতমদুদা খর্চ তৌগনি, অসিগুম্না হায়বা মীওইবা অসিগুম্না ঙাং-ঙাংদুনা চৎখিবা ওইরগদি?

**দাদাশ্রী :** মহাক্না চৎখিবসু য়াই অমসুং হিংবসু য়াই। হিংবা ওইরগসু করিগুম্বা অমত্তা ঙল্লোই। জীবগী স্বভাৱ অসি অসিগুম্বনি। মতুংদা লৈত্রবা মতমদা হায়গনি 'ঐহাক্কী নাক্তা লাক্লবদি খুদক্তা পীগনি!' লাকপগা খুদক্তা পীগনি। হৌজিক, লাকই মতমদুদা মসি মায়া চমম্লবা ওইহল্লি।

করিগুম্বা কনাগুম্বা মীওইনা লুপা ৭০০০ অমুক-হন্না পীরক্তে, মতমদুদা হায়গনি, য়ানি হৌজিক। চৎলো খরাদি লৈ, ঐহাক্কী লাইবক্তা লৈতে। মদুদা নান্থোকপা ওই, তৌইগুম্বসুং মসিদদি নান্থোকপা ঙমদে। মীওইবগী স্বভাৱতি অসিগুম্না ওই। মায়ানা চমম্লবা ওইহল্লি মহাকপু। মদুদি করিগুম্বা থৌনা লৈবা মতমদুদা পীবা ঙম্মী। মরমদুনা ঐহাক্না অসিগুম্না হায়রি মদুদি 'করিগুম্বা তৌ' মতুংদা মায়ানা চমম্লহন্দে। লৈ নত্রগদি লৈগী মনা (য়াম্বা ওইদ্রগসু খরদং)। মদুসু খুদোম্বি অমথক্কী সবপোর্ট দরকার ওই, ইশা-ইশাগী তৌবা ঙম্বগী শক্তী মথা-পোন্না। অনাবা মীওইবুসু অসিগুম্না খুৎনা শোকপদা করি কায়বা লৈবগে?

# অশেংবা দানৱীর

কৈদৌনুংদা ৱাৎপা ওইদবা, মদুগী মমীং লক্ষ্মী। ধর্মগীদমক্তি করিগুম্বা য়োমপাঙ্কা তৌ-তৌদুনা পীবা ওইরগসু, হন্নবা ওইদবা মদুবু লক্ষ্মী কৌই। মসিদি ধর্মদা পীরবদি থা ১২দা নুমিৎ অনী পীরবদি, মদুবু লক্ষমী কৌদে। দানৱীর সেঠ অমা লৈরম্মী। হৌজিক দানৱীর মমীং করম্না পীরিবা? মহাক্কী মদুদা চারোন-শুরোন ৭তগী পৈশা পীদুনা লৈরম্মী। য়োমপাঙ্কা তৌদুনা পীরম্মী। মদু ওইরগদি কনাগুম্বা লাকপা মঙোন্দা। ঙসি কনাগুম্বা অমা লাকপগা মদুদি ঐনা নুপীমচাবু লুহোংগদৌরি, মদু ওইরগদি মহাকপু পীরি। কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ লাকপগা মহাকপু পীরি। কনাগুম্ববু লুপা ২০০০গী দরকার ওইরগদি মহাকপু পীরি। সাধু-সন্তশিংগীদমক, লৈফম শেম্মী, মদুদা সাধু-সন্তশিংগী চান্বগী খুদোংচাবা। হায়বদি ফজনা দান চৎথরম্মী, মরমদুনা দানৱীর কৌরি। ঐহাক্কা মসি উরম্মী পুন্নমক। মীপুম খুদিংমকপু পীদুনা লৈরম্মী, মদুগুম্না হেন্না-হেন্না পৈশা হেঙ্গৎপা ওইরম্মী।

পৈশাগী স্বভাৱ করম তৌবগে? করিগুম্বা অফবা মফমদা দানদা চৎলবদি মদু ওইরগদি য়াম্না হেঙ্গৎপা ওইরি, অসিগুম্না পৈশাগী স্বভাৱ ওই। অমসুং করিগুম্বা ফুরিৎথাও চপ্লগদি অদোমগী য়ুমদা করিগুম্বা অমত্তা লৈহৌরোই। মসি ব্যাপারিশিংবু পুনবা ওইরগদি অমসুং ঐহাক্কা হংই মদুদি ইবুংঙো! করম তৌরিবগে অদোমবু? বেঙ্কদা লুপা ২০০০দি লৈরমগনিদনা? মতমদুদা হায়গনি মদুদি সাহেব, থা ১২দা লুপা লাক্ষ অমা লাকই, তৌইগুম্বসুং খুত্তা করিসু লৈতে। মসিদগীদি পাওরৌ শেল্লি মদুদি হুরান্বগী মমানা চেংফুদা মমায় ওনশিনদুনা কপ্পী। চেংফুদা করিসু লৈবা ওইদে, মতুংদা কপক্লিদনা।

লক্ষ্মীগী ইচেলদি দাননি অমসুং অশেংবা দান পীবা ওইরগদি, মহাক্কা মহৌশাগী মওংদগী এক্সপার্ট ওইবা ওইরি। মীওই অদুবু য়েংবগা থঙবা ওই মদুদি ইবুংঙো অসি থজিক্তং অসিগুম্না মাল্লি। মরমদুনা হায়গনি মদুদি ইবুংঙো নচানুপীগী লুহোংন্বগী কেস পৈশা ফংলরোই, নহাক্কা করিগুম্বা ফি-রোল দরকার ওইরগদি, অতোপ্পা পুন্নমক দরকার ওইরগদি, মদু পুথো। অমসুং হায় মদুদি ইবেম্মাবু মসিদা কৌরকউ। মতুংদা নুপীমচাবু ফি-সনা লিকোন পুন্নমক পীরবা মতুংদা। মরি-মতাশিংবু ঐহাক্কী য়ুমদগী অথুম-অহাও থাবা, অসিগুম্বা ব্যাবহার

পুন্নমক য়েংশিল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং খঙবা ওই মদুদি মসি *নংগোর* (ইকায় খঙদবা)নি। কেস খুৎতা পীবা য়াবা অদুগুম্বা নত্তে। হায়বদি দান পীরিবা অদুসু য়াম্না এক্সপার্ট ওইবা ওই।

## দান কনাদা পীগনি ?

অদোম্না লাইরববু পৈশা পীবা অমসুং থিজিন্বা ওইরগদি মহাক্কী মনাক্তা লুপা ৭৫,০০০ লৈরমগনি। মরমদি মথোয় মীয়াম লাইরবগী মমীংদা পৈশা তুংশিল্লি। পুন্নমক ব্যাপার ওইনা চৎলি। দানদি কদায়দা পীগনি? নীবা ওইদবা মীয়াম অমসুং মনুংদা অৱাবা ওইদুনা লৈরি, অমসুং মথা-শাদুনা চলাইরিবা, মথোয় কোমন মীয়াম্নি, মদুদা পীগনি। মথোয়না ময়াম্না য়াম্না অৱাবা লৈ, মদুগী মিদল ক্লাসশিংনা।

## দান খঙবগা লোয়ন্না

মীওই অমনা পূক্লীংদা জ্ঞান লাকপা। করি জ্ঞান লাকপগে? মদুদি মসি মীয়াম অসি ঈংমন্বদগী শিরমগনি। মসিদা য়ুমদা ফাও ঈংবদগী লৈবা ঙমদে। অরে, ঊন তাগদৌরি অমসুং মসি ফুটপাথতা লৈবশিংগী করি ওইগনি? অসিগুম্না মহাক্না জ্ঞান লাকপা, মসি মখল অমগী জ্ঞান কৌগনিদনা! জ্ঞান ফাওবগা অমসুং মহাক্কী সনয়োগ চপতিংবা ওইরম্মী। বেঙ্গতা পৈশা লৈরম্মী, মরমদুনা ১০০-১২৫গী কমবল পুদুনা লাকই, হন্থবা ক্বালিটীগী! অমসুং অয়ুক্তা পুং ৪দা চৎতুনা, মথংগী নুমিত্তা পুন্নমকপু শুপ্পীরম্মী, তুম্লিবা মফমদুদা চৎতুনা শুপ্পীরম্মী। মতুংদা নুমিৎ ৫-৭নিগী মতুংদা মফমদুদা অমুক-হন্না চৎপদা, মতমদুদা কম্বল অমত্তা উরমদে। অদুক য়াম্বা অনৌবা কমবল য়োন্দুনা পৈশা লৌখ্রে মথোয় ময়াম্না।

মরমদুনা ঐহাক্না হায়রি মদুদি অসিগুম্না পীরোইদবনি। অসিগুম্না পীনব্রা? মথোয়দি নোংমাইজিক নুমিৎকী বাজারদা অমন্বা কমবল ফংইদনা, মদুবু পুরক্তুনা পীয়ু। মদুবু কনাগুম্বা মপানা য়োন্বদা লৌরোই, মহাক্কী মনাক্তগী। ঐহাক্না মহাক্কীদমক লুপা ৭০গী বজেট শারগদি ৭০গী কমবল অমা লৌবগী মহুত্তা, অমন্বা অহুম ফংলগদি অহুম পীয়ু। অহুম শুপতুনা তুম্মু, কনাগুম্বা মপাসু

লৈগদৌবা ফংলোই।

হায়বদি মসি মতমসিদা দান পীদৌবা ওইরগদি য়াম্না থন্দুনা থঙনা পীয়ু। পৈশা মপুং ওইবা স্বভাৱতগী চুমদবনি। দান পীন্নবগীসু য়াম্না ৱাখল থল্লবগী মতুংদা দান পীবা ঙমগনি, নত্রগদি দানসু পীবা ঙল্লোই। অমসুং অহান্বদা অফবা পৈশা লৈরম্মীদনা, মতমদুদা পীবদুদা মদুদা অচুম্বা দান থক্তা ওইরম্মী।

হৌজিক কেস পৈশা পীবা য়াদে, ইংনা করিগুম্বা মফম অমদগী চান্নবগী পোৎ লৈদুনা য়েন্থোকউ। মীঠাই পুরক্লগদি মীঠাই য়েন্থোকউ। মীঠাইগী পেকেট পীরগদি মখোয়না মীঠাই য়োন্বদা হায়গনি মমল তংখায় পীয়ু! হৌজিক মসি মালেম অসিগী করি তৌগনি? ঐখোয়না শান্তি ওইনা বুজিয়া লৈ, কবোক লৈ, পুন্নমক লৈ অমসুং বোরা পুদুনা মখোয়বু শেগায়দুনা পীয়ু। লৌসে ইবুংঙো! অকায়বা ওইব্রা মসিদা? অমসুং মসি দহি পুখো। করিগীদমক্কী শেগায়দুনা পীরিবা, হায়গনি? মহাকপু চিংনদন্বা মরমগী। দহিসু পুখো। দহিৱরা শেল্লগনি নহাক্কীদমক। অরে! তৌইগুম্বসুং করিদি তৌগনি মতুংদা? মসি করিগুম্বা থরাদি তৌগনিদনা?

মসিদি য়ৌবা ঙমগদবা মদুগুম্বা নত্তে। অমসুং নিবা লাক্লবা কান্দসু পীয়ু, য়ারব্রা। তৌইগুম্বসুং কেস পীগনু, নত্রগদি লান্না শিজিন্নবা ওই মখোয় ময়াম্না। ঐখোয়গী লৈবাক্তা থক্তা ওই মসি। মসি ইন্দিয়ন পজল কনাগুম্বনা সোল্প তৌবা ঙমদে সংসার পুন্নমক্তা!

মসি করন্না? মসি করিনো? মসিবু সোল্প তৌন্বা থাবদা ইবুংঙো ঐখোয়গী মসিদা মসি করিনো? মসি কমবল দানদা পীখিবনি, মখোয় কদায়দা চৎখ্রে? মসিগী খিজিল্লু। মদুদা মহাক্না হায়গনি সী.আই.ডি পুরকউ। অরে, মসিদা লৈতে সী.আই.ডিগী থবক। ঐহাক্তি মসি সী.আই.ডি য়াওদনা ফাবা ঙমগনি। মসি পজল ইন্দিয়ন পজলনি। নঙোন্দগী সোল্প তৌবা ঙল্লোই। নহাক্কী লৈবাক্তা সী.আই.ডিদগী ফাবা ওইরমগনি। ঐখোয়গী লৈবাক মচাশিংনা করি তৌবগে, মদু ঐখোয়না থংই ইবুংঙো! মথংগী নুমিত্তা চৎলু ব্যাপারীগী মদুদা।

মরমদুনা পৈশাশিংদা বরকত করম কান্দা লাক্কনি? করিগুম্বা নিয়মদি ওইগদবনি নত্রগা নীতি লৈগদবনি? ইচম-চম্বা লৈগদবনি? মতম অসি ময়ামগা

মান্নদবনি। মদু ওইরগদি ইচম-চম্বা নিতিদি লৈগদবনিদনা? অসিগুন্না হেক্তা চৎপা য়াব্রা?

পুন্নমক য়োন্দুনা চাই, মতমদুদা মচানুপীসু য়োনদুনা চাই। লক্ষ্মীগীদমক মচানুপীসু য়োল্লি। মদু ফাওবা য়ৌখ্রে অরোইবদা! অরে, অসিগুন্না তৌরোইদবনি!

দানদা কেস পৈশা পীরোইদবনি। মহাকপু মেন্টেনেন্সকীদমক হেল্প তৌ। ব্যাপার তৌহল্লু। হীংসা তৌবা মীওইববু পৈশা পীরবদি মহাক্না হীংসা হেন্না তৌগনি।

## দান, তৌইগুম্বসুং উপয়োগ কা লোয়ন্না

পৈশা খর্চ তৌখ্রগনি, অসিগুম্বা জাগ্রুতি অসি থল্লোইদবনি। করিগুম্বা মতমদা খর্চ তৌরিবদু মদু অচুম্বনি। মরমদুনা পৈশা খর্চ তৌন্বা হায়রি মরমদি করাম-চাওবা অদু নাম্নোন্বা অমসুং হন্না-হন্না পীবা ঙম্নবা।

উপয়োগ, মদু জাগ্রুতিনি। ঐখোয়না অফবা তৌবা, দান তৌবা, মদু করম্বা দান? জাগ্রুতিগা-লোয়ন্না তৌবা মদুদি মীয়ামগী য়াইফন্বা। মমীং চৎপা-মীং অদু ঐখোয়না ফংদনবা, মরমদুনা লোন্না-থুপ্না পীরি। মসি জাগ্রুতিগা-লোয়ন্না তৌবা কৌইদনা! মদুবু উপয়োগ কৌই। অতোপ্পশিংদি মমীং-নম্বা ওইদ্রগদি অনীরকসুবদা পীদে।

অসিগুম্বনি, সুভ(অফবা) লম্বীদসু জাগ্রুতি(নীংশিংদুনা লৈবা) করম কান্দা কৌবগে? মসি মপোক্তা অমসুং লাক্কদবা মপোক্তা কান্নগদবা ওইবা, অসিগুম্বা অফবা ওইবা, মতমদুদা মদু জাগ্রুতি কৌই। নত্রগদি, মহাক্না দান তৌরগসু, সেবা তৌরগসু, তৌইগুম্বসুং মমাংগী জাগ্রুতি মহাক্না করিসু লৈবা ওইদে। জাগ্রুতিগা লোয়ন্না থবক পুন্নমক তৌরগদি মথংগী মপোক্তা কান্নবা ওইগনি, নত্রগদি তুম্বদা পুন্নমক চৎলি। মসি দান তৌরি মদু পুন্নমক তুম্বদা চৎখ্রে! হৌগৎতুনা আনা মরী থক্তা চৎলগসু য়াম্না ফারে হায়গনি! মসি দান পীবা অমসুং মনুংদা মফমসিগী মমীং চৎন্বগী অপাম্বা লৈরগদি, মদু ওইরগদি মদু পুম্বা তুম্বদা চৎখ্রে। মথংগী মপোক্কী কান্নবগীদমক দান মসিদগী পীথিবা, মদু জাগ্রুত কৌগনি। কান্নবা-কানদবা ভান হায়বদি মশাগী কান্নবা করিদা

লৈবগে অমসুং মশাগী অমাংবা করিদা লৈবগে অমসুং মদুগী মতুং-ইন্না জাগ্রুতি লৈবা মদু! মথংগী মপোক্কী করিগুম্বা মফম মরাং খংদ্রগদি অমসুং মসিদা দান তৌরগদি, মহাকপু জাগ্রুতনি হায়না করম্না হায়গনি।

## অসিগুম্না অথিংবা ওইহল্লি

মসিগী ইবুংঙো অসিনা কনাগুম্ববু দান পীবা, মদুদা কনাগুম্বা মকোক লৈবনা হায়রবদি মদুদি অরে, মঙোন্দা করিগী পীরিবনো? মতমদুদা মসি ইবুংঙো অসিনা হায়গনি 'হৌজিক পীগদবা য়াওদনা, লাইরবনি।' অসিগুম্না তৌদুনা দান পীবা ওইরি অমসুং মদুগী লাইরবদুনা লৌবা ওই। তৌইগুম্বসুং মদুগী মকোক লৈবা অদুনা ঙাংবা মদুগী মহাক্লা অথিংবা হাপচিল্লি। মদু ওইরগদি মতুংদা মহাকপু অৱাবদসু কনাগুম্বা দান পীবা অমত্তা ফংদে। মশানা অথিংবা হাপচিন্বা মফমদুদা, মদুগী মফমদুদা মদুগী অথিংবা অদুনা থবক তৌবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ৱাঙাংদগী অথিংবা থমদ্রগদি, তৌইগুম্বসুং পূল্লীংদগী অথিংবা থল্লগদি?

**দাদাশ্রী :** পূল্লীংদগী হাপচিনথিবা অথিংবা য়াম্না ইফেক্ট পীবা ওইরি। মদুদি মথংগী মপোক্তা ইফেক্ট পীবা ওইরি অমসুং মসি ৱাঙাংদগী ঙাংথিবা মসি মপোক অসিদা ইফেক্ট পীবা ওইরি। ৱাঙাংদা থোল্লকপা হায়বদি খুদক্তা ওইরে, কেস ওইরে। মরমদুনা মহৈসু কেস লাকপা ওই অমসুং পূল্লীংদগী শারগদি, মদুদি মথংগী মপোক্তা শওং-শদা শেমদুনা লাক্কনি।

## অমসুং অসিগুম্না চৎথিগনি অথিংবা

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি জাগ্রুতি মসি থক থমগদবনি মদুদি খজিক্তং ফাও ওন্না-তৈন্বা ৱাখল তৌদন্বা।

**দাদাশ্রী :** মদুগুম্না ওইথোকপা য়াবা, মদুগুম্বা নত্তে। ৱাখলদি অসিগুম্না খন্দনা লৈবা ওইরোই। মখোয়বু ঐখোয়না মুথৎপা, মদুনি ঐখোয়গী থবক। মসিগুম্বা ৱাখল লাক্তন্বা, অসিগুম্না ঐহাক্লা ৱারেপ লেপ্লবদি, মদুবু *নিশ্চয়* কৌই। তৌইগুম্বসুং ৱাখল লাক্তবা, অসিগুম্নদি মদুদা ওইথোকপা য়াদে। ৱাখলদি লাক্কনি

তৌইগুম্বসুং কোয়শিনদ্রিঙৈ মমাংদা মুথৎকদবনি। অদোম্না ৱাখল লাকপগা মদুদি 'মহাকপু দান পীরোইদবনি।' তৌইগুম্বসুং অদোমবু জ্ঞান পীরি মরমদুনা জাগ্রুতি লাক্কনি মদুদি ঐহাক্না মরক্তা করিগী অথিংবা তৌরিবা? অসিগুম্না মতুংদা অদোম্না মদুবু মুথৎলু। পোস্টতা চিঠী থাদদ্রিঙৈদা মুথৎলগদি অকায়বা ওইদেদনা! তৌইগুম্বসুং মদুদি, জ্ঞান লৈতনদি কনাগুম্বনা মুথৎতেদনা। অজ্ঞানীদি মুথৎপা ওইদেদনা? ওন্নবদা ঐখোয়না মঙোন্দা অসিগুম্না হায়রবদি মদুদি 'অসিগুম্বা ওন্নবা ৱাখল অসি করিগী তৌরিবনো?' মদুদা মহাক্না হায়গনি মদুদি অসিগুম্নদি তৌগদবনি, মসি অদোম্না খঙবা ঙম্লোই। মতৌ অসুম্না মতুংদা অসিগুম্না মদুবু শরুক অনী-হেন্না তৌদুনা চাওহল্লি। অহংকার পুন্নমক অঙাওবগুম থক্তা তৌহল্লি, মাংহল্লি, মদুগী মমীং অহংকার। মশানা মশাগী মথোঙদা শীংজঙনা য়াল্লি, মদুগী মমীং অহংকার।

হৌজিক্তি ঐখোয়না পশ্চাতাপ(লানথিবগী পেন্দবা ফাওবা) তগী পুন্নমক মাংহন্বা ঙম্মী অমসুং পূক্নীংদা *নিশ্চয়* তৌবা মদুদি অসিগুম্না ঙাংলোইদবনি। অমসুং ঙাংলগদি, 'মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি', মদু ওইরগদি মুথৎলগনি। মরমদি মদুগী চিঠি অদু পোস্টতা চৎথিদ্রি। মদুগী মমাংদা ঐখোয়না হোংদোকপা ওইরগদি মদুদি অহান্বদা ঐখোয়না পূক্নীংদা ৱাখল থন্বা মদুদি 'দান পীরোইদবনি।' মদু অরান্বনি, তৌইগুম্বসুং হৌজিক ঐখোয়না ৱাখল তৌই মদুদি 'দান তৌবা অফবনি।' মরমদুনা মদুগী মমাংগী অদু মুথৎপা ওইগনি।

দান তৌবা, মীয়ামশিংদা উপকার তৌবা, ওল্লাইজিঙ্গ নেচর থম্বা, মীয়ামগী সেবা তৌবা, মসি পুম্নবু রিলেটিব ধর্ম হায়রি। মদুনা পুণ্য শেমগনি। অমসুং ফত্তবা ঙাংবা, ফুবা-চৈবা তৌবা, লুট তৌবদগী পাপ শেম্বা ওইরি। পুণ্য অমসুং পাপ লৈবদুদা, মদুদা রিয়ল ধর্ম লৈতে। পাপ-পুণ্য লৈতবদুদা রিয়ল ধর্ম লৈ।

# ৫ সুবা শারুক অতোপ্পশিংগী

**ৱাহং-হংলিবা :** মথংগী মপোক্নী পুণ্য শেম্নবগীদমক মসি মপোক্তা করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** মসি মপোক্তা পৈশা লাকপা মদুগী ৫সুবা শরুক ভগৱানগী

মসি লাইশঙদা থাদৌ নত্রগা মতুংদা মীয়ামগী নুংঙাইনবগীদমক খর্চ তৌ। মরমদুনা মদুখৈদি মদুদা ওৱরড্রাফ্ট য়ৌরে! মসি মমাংগী মপোক্কী ওৱরড্রাফ্টতি শিজিন্নরি। মসি মপোক্কী পুণ্যনি, মদু মথংগীদা লাক্কনি মতুংদা। হৌজিক্কী তানশিল্লিবা অদু মথংগীদা চৎকনি।

# হৌনা-লোনচৎ, ভগৱানগীদমক্তা ধর্মদা দান

মসি মারৱারি মীয়ামশিংগী মসিদা চৎলি মতমদুদা হংবা ওই 'ব্যাপার করম্না চৎথরি?' মদুদা হায়, 'ব্যাপারদি য়াম্না ফজনা চৎপা ওইরি।' 'শেন্দোং তোংব্রা?' মদুদা হায় 'লাক্ষ ২-৪দি লৈ।' 'ভগৱানগী মসিদা পীবা তৌ?' '২০-২৫% থাদদুনা লাকই মফমদুদা, চহী খুদিংগী।' মহাক্না করি হায়বগে মদুদি লৌবুক্তা থারগদি মরু লোক্কনিদনা! থাদ্রগদি মরু করম্না লোকপা চৎকনি? থাবা ওইদ্রগদি? মসি মারৱারি মীয়ামশিংগী মসিদা মসি হৌনা-লোনচৎ মদুদি ভগৱানগী থবক্তা থাদগনি। জ্ঞানদান, ভগৱানদা, অনীসুবা-অহুমসুবা মফমদা দান তৌবা অমসুং মদুদা দান তৌদে, হাইস্কুলবু, অসিনচিংববু, মদুদা তৌদে। বস মসিদা থক।

# লাইশঙশিংদা নত্রগা লাইরবশিংদা

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না লাইশঙদা চৎলিদনা, মদুদা মীয়াম্না পৈশা করোর কয়া নুংশিংগী মথক্তা খর্চ তৌবা ওইরি। অমসুং ভগৱাননা হায়রি মদুদি মসি হিংলিবা-মীৎপাংলিবা অন্তর্যামী মদুদি জীব খুদিংমক্তা বিরাজমান তৌরি। অমসুং হিংলিবা মীয়ামসিংবু কিহল্লি। মখোয় ময়ামবু ৱাহল্লি অমসুং মসিদা নুংগী মূর্তিশিং মতুংদা লুপা করোর-করোরশিং খর্চ তৌরি মসি করিগীনো?

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মীয়ামবু ৱাহল্লি, মদুদি মহাক্কী খঙদবগী মরম্না ৱাহল্লি তোল্লবশিংবু! অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌচাওবগী অশোন্বনা মরম ওইদুনা ৱাহল্লিদনা!

অসিগুম্বনি, মসি পৈশা তান্বা থোক্কল্লিবসি, হৌজিক মতীক চানা য়ুম চলাইবা য়াবা অদুগুম্বা ওই মদু ওইরবসু পৈশা তান্বা থোক্ককলি। মতমদুদা ঐখোয়না খঙলোয়দরা মদুদি মসি মশাগী কোটা মথক্তা অহেন্বা কোটাবু লৌন্বগী

কোইচৎ-চৎলি? জগত্তদি কোটা পুন্নমক্কী চপ-মান্নরি। তৌইগুম্বসুং মসি মীহৌচাউবা অসিনা কোটা হেন্না পুদুনা চৎলি। মরমদুনা মখোয় মীওই থরাগী শরুক্তদি লাকপা ওইদে। হৌজিক মদুসু অসুম হেক্তা গপ্প তৌরগা ফংগদবা নত্তে, মদু পুণ্যদগী ফংই।

মতমদুদা পুন্যা হেন্না তৌবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়গী নাক্তা পৈশা লাকই, মদুগী পৈশা অদুবু ঐখোয়না খর্চ তৌই অমুক-হন্না। ঐখোয়না থংই মদুদি মসিদি পৈবা হৌরে। খর্চ তৌরগদি ডিডক্সন (হন্থবা) ওইগনিদনা? পুণ্য তুংশিন্বদি ওইবা ওই, তৌইগুম্বসুং ডিডক্সন তৌন্বগী মওংদি খঙবা মথৌ তাইদনা?

হায়বদি মীয়াম্না লাইশঙনচিংবা শাবা ওই, শেমজিন্বসু ওই। মখোয়না শোজৈ পাম্মী। মখোয়না দর্শন কদায়দা তৌগনি? মখোয়না দর্শন তৌবা চৎপা, মদুদা মহাক্না ইকায়রোইদবা মদুগুম্বা পামই। হিংলিবশিংগী মরক্তা মহাক্না ইকায়বা ওই অমসুং মুর্টিগী মনাক্তদি অদোম্না হায়বগুম্না জগোয় শাই। জগোয় থেক্লি-চোংলি মতোম্তা! তৌইগুম্বসুং হিংলিবগা লোয়ন্না মহাক্না ইকায়বা ওই। মসি (মুর্টিশিং) অসি হিংদেদনা অমসুং অহিংবগী মনাক্তা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদে। অমসুং করিগুম্বা হিংলিবশিংগী মনাক্তা তৌরগদি মহাক্কী য়াইফবা ওইগনি, খ্বাইদগী য়াইফবা ওইগনি, আত্যনতিক য়াইফবা ওইগনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা শক্তী লৈতেদনা! অসিগুম্বা পুণ্য লৈতেদনা!

ভগৱান মনাক্তা থল্লগদি, মদু পুম্বা নিষ্কাম নত্তে, সকাম (কর্ম লোইশিন্দবা) নি। হে ভগৱান, নুপামচাগী ময়ুমদা নুপামচা অমা! ঐহাক্কী ইচানুপা পাস তৌবা ওইবা। য়ুমদা শোল্লবা ইপা লৈ, মহাক্না পেরলাইশিস ওইরি, মদু ফহনবীয়ু। মদুগীদমক লুপা '২০১' থম্বা ওই। হৌজিক মসিদা কনানা থমবগে? ঐখোয়গী করিগুম্বা ফেক্টরি লৈব্রা? অমসুং মসিদা কনানা লৌবগে থম্বা অদুনা?

# মদুসু হীংসানি

**ৱাহং-হংলিবা :** ব্যাপারিনা তোংন্নবা তৌরি, কনাগুম্বা ইন্দসত্রেলিস্ট নত্রগা ব্যাপারি হোৎন্বগী চাংদম্নবদা খজিক্তং হোৎন্বা নত্রগা কনাগুম্বনা হোৎন্দনা তাল্লবদি, মদু ওইরগদি মদুবু হিংসাগী থৌওং কৌব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু পুন্নমক হিংসাগী থৌওংনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক মদু কান্নদবদা তানশিন্দুনা মদুগী পৈশা ধর্মদা থর্চ তৌরগদি মদু করম্বা মথলগী হিংসা কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** ধর্মগী থবকশিংদা থর্চ তৌবখে, ত্যাক তৌবখে, মদুখে দোষ হন্থবা ওই। তানখিবখে, লুপা লাক্ষ তানখিবা, হৌজিক মদুগী লুপা ৮০,০০০ হোস্পীতাল শারগদি পৈশা মদুমখেদুগী দাইতা মহাক্না লৈত্রে। লুপা ২০,০০০ খক্তগী দাইতা লৈ। মরমদুনা মদু ফৈ, অরান্বা নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মীয়াম্না লক্ষ্মী তুংশিনদুনা থম্বা ওই, মদু হিংসা কৌগদ্রা নত্রগা কৌরোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** হিংসা কৌগনি। তুংশিন্বা মদুনি হিংসানি। অতোপ্পা মীওইশিংগী কান্নবা ওইদেদনা!

## লাকপা মদুগুম্না, মদুগুম্না চৎখিবা ওই...

মসিদি ভগৱানগী মমীংদা, ধর্মগী মমীংদা পুন্নমক চৎথরি!

**ৱাহং-হংলিবা :** দান তৌরিবা মীওইবদি অসিগুম্না থাজরি মদুদি ঐহাক্না থাজবগা লোয়ন্না পীরি। তৌইগুম্বসুং থর্চ তৌগদৌরিবা মহাক্না করম্না তৌবগে, মহাক্কী ঐখোয়না করি খঙবগে?

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মদুদি ঐখোয়গী পৈশা অরান্বা ওইরগদি মদু অরান্বা লম্বীদা চৎকনি। অরান্বা পৈশা ওইরিবমখে মদুখে অরান্বা লম্বীদা চৎপা ওইরি অমসুং অফবা পৈশা ওইরগদি, মদুখে অফবা লম্বীদা চৎপা ওইরি।

## চীংগুম্না হুরাল্লি, য়েৎতুমগী দান

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওই কয়ানা অসিগুম্না হায়রি মদুদি দান তৌরগদি দেব ওইবা ওই, মদু চুম্ব্রা

**দাদাশ্রী :** দান তৌরগসু, মদু ওইরগসু নরক তা চৎপা, অসিগুম্বসু লৈরি। মরমদি দান কনাগুম্বগী প্রেসরদগী পীবা ওই। অসিগুম্বনি মদুদি মসি

*দুষমকাল* (ফত্তবা মতম)দা দান তৌবা ঙম্বা অসিগুম্বা লক্ষ্মীদি লৈবা ওইদে। *দুষমকাল* দা লৈবা পৈশাদুদি, মদুদি য়াম্না ফত্তবা তৌদুনা তানশিন্বা লক্ষ্মীনি। মরমদুনা মদুগী দান পীরবসু ওন্নবদা অমাংবা ওই। তৌইগুম্বসুং মদু ওইরবসু ঐখোয়না কনাগুম্বা অৱাবা ওইবা মীওইবু পীরবদি, দান তৌবগী মহুত্তা মহাক্কী অৱাবা কোক্লবগীদমক করিগুম্বা অমা তৌরবদি ফৈ। দানদি মমীং-চৎন্বগীদমক তৌবা ওইরি, মদুগী অর্থ করিনো? চারাম চাদৎন্বা মদুবু চাক পীয়ু, ফি লৈতবা ওইরগদি ফি পীয়ু। মসি নত্তবদা, মসি মতম অসিদা দান পীনবগী পৈশা কদায়দগী পুরক্কনি? মদুদা খ্বাইদগী ফবদি, দান-বান পীবগী দরকার ওইদে। ঐখোয়গী ৱাখল অফবা তৌ। দান পীন্বগী পৈশা কদায়দগী পুরক্কনি? অশেংবা পৈশাদি লাক্তেদনা! অমসুং অশেংবা পৈশাদি সরপ্লস লৈবা ওইদে। মসি অচৌ-অচৌবা দান পীরিদনা, মদুদি পুন্নমক একাউনগী মপান্দগী, মথক্কী ওইবা পৈশা লাকপা, মদুনি। মদু ওইরবসু দান পীরিবদুনা, মহাক্কীদমক অরান্বা নত্তে। মরমদি অরান্বা লম্বীদা লৌবা অমসুং অফবা লম্বীদা পীবা, মদু ওইজরগসু মরক্তগী পাপতগী নান্থোক্লেদনা! লৌবুক্তা মরু থাখি, মরমদুনা হৌই অমসুং মদুখৈদি মহৈ ফংলেদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** পদ(আদ্যাত্মাগী ভক্তী ঈশৈদা) স্টেজা অমা লৈদনা মদুদি '*দাণচোরী* তৌবা মীওইনা য়েৎতুমগী দানদগী নান্থোক্লবা হোৎনরি।' মদু ওইরগদি মসিদা মফম অমদা *দাণচোরী* (অরান্বা মওংদগী পৈশা কা হেন্নে তান্বা)তৌবা অমসুং অতোপ্পা মফমদা দান পীবা, মদু ওইরগদি মহাক্লা মদুখৈদি ফংলেদনা? অসিগুম্না হায়বা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, ফংলে হায়বা অসিগুম্না কৌরোই। মদুদি নরক তা চৎন্বগী খুদম কৌই। মদুদি নীয়ত হুরান্বনি। *দাণচোর*(স্মগলর) হুরান্বা তৌই অমসুং য়েৎতুমগী দান তৌরি, মসিগী মহুৎতা দান তৌদ্রগদি অমসুং চুন্না লৈরগদি ফৈ। অসিগুম্বনি মদুদি থা ৬গী জেলগী সজানা ফৈ । মরক্তা নুমিৎ নিনি লৈকোলদা পুবা, মদুগী করি অর্থ?

মসিদি করি হায়বা পামবগে মদুদি মসি পুম্বা ব্লেক বাজার, *দাণচোরী* পুন্নমক তৌই অমসুং মতুংদা লুপা ৫০,০০০গী দান পীদুনা মশাগী মমীং ফত্তনা উদন্বা, মশাগী মমীং শোয়দন্বা, মরমদুনা মসি দান অসি পীরি। মসিবু য়েৎতুমগী

দান কৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি পুকচেল-শেংবদি ঙসি অসিগুম্না নত্তেদনা?

**দাদাশ্রী :** মপুংফানা পুকচেল-শেংবগী আশাদি থম্বা য়াদেদনা! তৌইগুম্বসুং মসিদি কনাগীনো হায়বদা অচৌবা মীশিংনা লুপা করোর-করোর তাল্লি অমসুং অশোম মায়কৈদা লুপা লাক্ষ অমা দানদা পীবা ওইরি। মদু করিগীদমক? মমীং চেন্থদন্বা মরমদুগী। মসি মতম অসিদা য়েৎতুমগুম্বগী দান চৎলি। মসি য়াম্না থঙবা য়াবা ৱাফম্নি। অতোপ্পা ময়ামশিংনা দান পীরি, মদুগী মনুংদা খরাদি য়ুম পুরিবা ওইরি। ইচম-চম্বা ফিভমগী ওইরি। মখোয় ময়াম্না দান পীবদুদা অকায়বা লৈতে। মসিদি, য়েৎতুমগী দান পীদুনা মশাগী মমীংবু শোয়হনদে। মশাগী মমীংবু খুমজিন্নবগীদমক ফি হোংদোকপা ওইরি! থালি উৎন্নবগীদমক মসিগুম্বা দান পীরি!

হৌজিক্তি পৈশাগী দান পীব্রা নত্রগা লৌবা ওইব্রা? অমসুং দান ওইবা অদুদি, মখোয়দি 'মীসা গী' (স্মগলরগী)।

# মদুগী দান পুণ্য পুনশিল্লি

**ৱাহং-হংলিবা :** নম্বর ২গী পৈশাশিংগী দান পীরবদি, মদু ওইরগদি মদু য়ারোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নম্বর ২গী দান চৎলোই। তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু কনাগুম্বা মীওইবনা চরাম-চাদৎন্বদগী শিদৌবা ওইরগদি অমসুং নম্বর ২গী দান পীরগদি মহাক্না চান্বগীদি চৎকনিদনা! নম্বর ২দা করিগুম্বা নিয়মদগী অৱাবা লাকপা ওই, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মাইগৈদা প্রোব্লেম ওইদে। মদুগী পৈশা অদু হোটল তৌবশিংবু পীরবদি মখোয়না লৌব্রা নত্রগা লৌদব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** লৌবা ওই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুদগী ব্যাবহার হৌবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ধর্মদা নম্বর ২ পৈশা ওইবা, মদু শীজিন্নবা ওই হৌজিক্কী মতমদা, মদু ওইরগদি মদুদগী মীয়াম্না পুন্যা ফংবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** শুংশোয়-শোয়দনা ওইবা ওই! মহাক্কা ত্যাগ তৌইদনা মদুখৈ! মশাগী নাক্তা লাকপা অদুবু ত্যাগ(কথোক্লি) তৌইদনা! তৌইগুম্বসুং মদুদা পান্দমগী মতুং-ইন্না মতুংদা মদুগী পুণ্য অসিগুম্না ওইবা ওইরি পান্দম মতুং-ইন্না! মসি পৈশা পীবা, মদুগী পোৎ অদুখক য়েংবা ওইদে। পৈশাগী ত্যাগ তৌবা মদু নির্ব্বিৱাদ(শোয়দবনি)নি। মসি নত্তনদি পৈশা কদায়দগী লাকই? পান্দম করিনো? মসি পুন্নমক প্লস-মাইনস তৌদুনা লেমহৌবা অদুনা মহাক্কী। মহাক্কী পান্দম করিনো হায়বদা মদুদি সরকার পুখিগনি, মদুগী মহুত্তা মসিদা থাদৌদনা!

# অপাম্বা লৈতনা কৎথোকউ

**ৱাহং-হংলিবা :** ওন(ব্লেক)গী পৈশা ফনা খর্চ তৌবা ওইরগসু, মদু ওইজরবসু ধর্মগী ফিরাল থেৎপা ওইরি মদুদি ধর্মগী মমীংদা খর্চ তৌরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং ধর্মগী মমীংদা খর্চ তৌরগদি ফৈ। তৌইগুবসুং ওনগী মীংদা তৌই। মরমদি 'ওন' অচৌবা মরাল নত্তে। 'ওন' হায়বদি করিনো হায়বদা সরকারগী টেক্স লৈদনা, মদু মীয়াম্না য়াম্না লুম্বা ওইরি মদুদি অদোম্না ঐখোয়গী খন্বদুদগী কা-হেন্না থম্বা ওইরি, মরমদুনা মসি মীয়াম্না লোৎশিল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা খরা ফংন্নবগী অপাম্বদগী দান পীরিবদু, মদুগীসু শাস্ত্রাশিংদা অথিংবা লৈতে? মদুগী নিন্দা তৌথিদ্রি?

**দাদাশ্রী :** মদু অপাম্বা থমদ্রগদি খ্বাইদগী ফৈ। অপাম্বা থম্মী, মদুগী দান অদু মমল লৈতবা ওইরে, মহাও মাংবা ওইবা কৌই। ঐহাক্না হায়রি মদুদি লুপা ৫ পীয়ু তৌইগুম্বসুং অপাম্বা লৈতনা পীয়ু।

# মদুদি কেমোফ্লেজ গুম্বনি

**ৱাহং-হংলিবা :** নম্বর ২গী পৈশা অদু, মখোয়না মফম অমদা চৎলবসু, মদুদা অশোয়-অঙাম থোকপ্রা নত্রগা থোক্তব্রা?

**দাদাশ্রী :** মপুংফানা হেল্প তৌবা ওইদে। ঐখোয়গী মসিদসু লাকই, তৌইগুম্বসুং মখোয় কয়াম্না? ১০-১৫%, তৌইগুম্বসুং হেন্নদি লাকপা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** ধর্মদা হেল্প তৌদব্রা? চৎপা মফমদুদা য়াম্না হেল্প তৌবা ওইদব্রা?

**দাদাশ্রী :** হেল্প তৌবা ওইদে। য়েংবদদি হেল্প তৌবা ওই, তৌইগুম্বসুং মতুংদা মাংবা ওইবদা থিন্দদে। মখোয় পুম্নমক ৱার কৱালিটীগী স্ট্রকচর। ৱার কৱালিটীগী স্ট্রকচর পুনশিন্বা ওই পুম্নমক! অদোম্না ঊইদনা! মখোয় পুম্নমক কেমোফ্লেজনি। পূক্নীংদা করিগী নুংঙাইগদৌরিবা কেমোফ্লেজতগী?

## অৱাংবা থাক্কী মীওইনা মথং-মথং কায়থরকপা

মমাংঙৈ মতমদা, মদুগী মতমদুদা দানৱীর লৈরম্মী। দানৱীরদি পূক্নীং-ৱাঙাং-হকচাংগী এক্তা ওইবা, মতমদুদা দানৱীর পোকপা ওইরি অমসুং মহাকপু ভগৱান শ্রেষ্ঠী (খ্বাইদগী অৱাংবা) হায়রম্মী। মদুগী *শ্রেষ্ঠী* অদুবু হৌজিক মদ্রাসতা শেট্টী কৌই। মথং-মথং কায়থরক্তুনা শ্রেষ্ঠীদগী '*শেট্টী*' ওইখ্রে মদুদা। মদু ঐখোয়গী মসিদা মথং-মথং কায়থরক্তুনা '*শেঠ*' (সেঠ) ওইখ্রে।

মিল অমগী সেঠ মদুদা ঐহাক্না সেক্রেটরীগা ৱারী শান্নরম্মী। ঐহাক্না হংলম্মী মদুদি 'সেঠ করম কান্দা লাক্কনি? অতোপ্পা খুঙ্গাদা চৎখিব্রা মহাক?' মহাক্না হায় মদুদি, 'নুমিৎ ৪-৫ চংগনি।' মতুংদা ঐঙোন্দা হায়, 'ঐগী ৱাফম অসি অমুক্তং তাবিয়ু।' ঐহাক্না হায়, 'হোয়, ইবুংঙো।' মদুদা মহাক্না হায়, 'মথক্তগী একার লৌথোকপা য়াবা অদুগুম্বনি।' ঐহাক্না মঙোন্দা জ্ঞান তাহল্লম্মী মদুদি 'হৌজিক নহাক্না তোলোপ ফংলি, মতমদু ফাও ঙাংগনু।' মসি নত্তনদি একার তৌথোক্লগদি করি লেমহৌরিবগে মদুদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** '*শঠ*' (হুরান-চিন্থি তৌবা) লেমহৌরি।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইজরবসু ঐখোয়না ফোংদোকপা ঙমদে! অসিগুম্বা দসা ওইখি। করম্বা জগডুশা কুম্বা সেঠ পুম্নমক লৈরম্মী! মখোয়বু সেঠ হায়না কৌরম্মী।

## ভাৱগুম্না, মদুগুম্না মহৈসু

মীওই কয়ানা দান পীরোইদবা ওইরগদি, পূক্নীংদা পীরোইদৌবা ওইরগদি

অমসুং ৱাঙাংদা হায়রবদি, ঐহাক্না পীগনি অমসুং শাজৎলোনদা থম্বা অমসুং পীরি। তৌইগুম্বসুং পূক্নীংদা পীনিংদবা ওইরগদি, মরমদুনা মহৈ ফংবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, মদু করিগী ওইরিবনো অসিগুম্বা?

**দাদাশ্রী :** মীওই অমনা পূক্নীংদা পীবা ওইরি, মহাক্কী মফমদা মপোৎ লৈতে মদুগুম্না অমসুং ৱাঙাংদগী হায়বা ওই মদুদি ঐহাক্না পীগনি, তৌইগুম্বসুং পীবা ঙমদে। মদুগী মহৈ মথংগী মপোক্তা ফংবা ওই। মরমদি মদু পীবগা চপ-মান্নে। ভগৱান্না য়াবা ওই। তংখায়দি কান্নবা ওইরেদনা।

লাইশঙদা চৎতুনা মীওই অমনা লুপা ১ থম্মী অমসুং অতোপ্পা সেঠ অমনা লুপা ১০০০ অমগী নোট মনুংদা দানদা পীরি, মসিবু য়েংদুনা ঐখোয়গী পূক্নীংদা থনথি মদুদি অরে, ঐহাক্কী নাক্তা লৈরম্মবদি ঐনাসু পীগনি। মদু মদুদা অদোমগী তুংশিন্বা ওই। লৈবা ওইদে, মরমদুনা অদোমদগী পীবা ঙমদে। মসিদদি পীরিবা মদুগী মমল লৈতে, ভাৱগী মমল ওই। ৱীতরাগশিংগী সাইন্সনি।

অমসুং পীরিবা অদুনা, মহাক্কী করম্বা মতমদা মরাল কয়াম্না ওইগনি। তৌইগুম্বসুং মদু করম্না? পূক্নীংদগী পীগনি, ৱাঙাংদগী পীগনি, শাজৎতগী পীগনি, মদু ওইরগদি মদুগী মহৈদি মসি মালেম অসিদা করিবু হায়না কৌরোই, মদু হংউ! হৌজিক্তি পুম্নমক্না হায়গনি, মদুগী ইবুংঙোগী মরম্না ঐনা পীরি, নত্রগদি ঐহাক্না পীরোই। মদুগী সাহেবনা প্রেশর পীবদগী মরমদুনা ঐহাক্না পীবা ওইরি। মরমদুনা মদুদা তুংশিন্বসু মদুগুম্না ওইরি, কো। মদুদি ঐখোয়গী পূক্নীংদগী, য়াদুনা-হরাওনা পীবা অদুনা থবক্কী। অসিগুম্না তৌব্রা মীয়াম্না? কনাগুম্বগী প্রেশরদগী পীব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, হোয়।

**দাদাশ্রী :** অরে, কয়া অমনদি মশাগী মমীং-চৎন্বগী পীবা ওইরি। মমীং, মশাগী সমমান হেঙ্গৎন্বগীদমক। পূক্নীংগী মনুংদা অসিগুম্না ওই, পীরোইদা! পীগদৌবা অদুগুম্বা নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী মীং ফত্তনা উগনি, মতমদুদা অসিগুম্বা মহৈ ফংই। মসিগুম্না মখোয় পুম্বনা লাই-য়েকইদনা, মদুগুম্না মহৈ ফংবা ওই। অমসুং মীওই অমগী মনাক্তা লৈতবা অমসুং 'ঐগী নাক্তা লৈরমলগদি ঐনা পীগনি' অসিগুম্না হায়রবদি করম্বা মহৈ ফংগনি?

# স্থুল কর্ম : সুক্ষ্ম কর্ম

সেঠ অমনা লুপা ৫০,০০০ দানদা পীরম্মী। মসিদা মহাক্কী মরুপ্পা মঙোন্দা হংই, 'অদুক য়াম্বা পৈশা পীখ্রবা?' মদুদা সেঠনা হায়রম্মী, 'ঐদি পৈশা অমা ফাও পীগদৌবা অদুগুম্বা নত্তে। মসিদি মসি মেয়রকী প্রেশরনা মরম ওইদুনা পীবা ওইরি।' হৌজিক মসিগী মহৈ মদুদা করি ফংগনি? ৫০,০০০গী দান তৌই মদু স্থুল কর্মনি, মদু ওইরগদি মদুগী মহৈ সেঠনা মসিদা অদুমক ফংবা ওইগনি, মীয়াম্না ৱা-ৱা তৌগনি, মীংদা থাগৎকনি অমসুং সেঠনা মনুংদা সুক্ষ্ম কর্মদা করি চার্জ তৌবগে? মদুদা হায়, 'পৈশা অমা ফাও পীদৌবা মদুগুম্বা নত্তে' মদুগী মহৈ মথংগী মপোক্তা ফংগনি। মদু ওইরগদি মথংগী মপোক্তা সেঠ পৈশা ফাও দানদা পীবা ঙল্লোই। হৌজিক অসিগুম্না কুপ্পা ৱাফম কনানা খঙবা ঙমবগে?

মদুদা অনীসুবদা কনাগুম্বা লাইরবা ওইবা, মহাক্কী মনাক্তসু মদুগী মীওইশিংদুনা চৎলম্মী দান লৌম্বা, মতমদুদা মদুগী লাইরবা মীওইদুনা করি হায়বগে হায়বদা মদুদি 'ঐহাক্কী নাক্তদি হৌজিক লুপা ৫থক্ত লৈ। মসি পুম্নমক লৌবিয়ু। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ঐগী নাক্তা লুপা লাক্ষ ৫ লৈরল্লগদি মদু লোয়নমক পীরমগনি!' অসিগুম্না থম্মোয়দগী হায়। হৌজিক মহাক্না লুপা ৫থক্তা পীরি, মদু ডিসচার্জতা কর্মগী মহৈ লাক্লি। তৌইগুম্বসুং মনুংদা সুক্ষ্মদা করি চার্জ তৌবগে? লুপা লাক্ষ ৫পীন্বগী। মরমদুনা মথংগী মপোক্তা লুপা লাক্ষ পীবা ঙমগনি, ডিসচার্জ ওইবা মতমদা।

মীওই অমনা দান পীরম্মী, ধর্মগী ভক্তি তৌবা ওইরম্মী, লাইশঙশিংদা পৈশা পীবা, অতোপ্পা নুমিৎ-চুপ্পা ধর্ম তৌবা ওইবা, মদুবু জগতকী মীয়াম্না করি হায়বগে হায়বদা মদুদি মসি ধরমিষ্ঠ(ধর্ম লৈবা)নি। হৌজিক মদুগী মীওই অদুগী মনুংদা করি ৱাখল ফাওবা ওইবগে মদুদি করম্না তুংশিনগনি অমসুং করম্না নুংঙাইথোক্কনি! মনুংদদি মহাক্না হক্কী নত্তবা লক্ষ্মী মুন্নব্বা অপাম্বা য়াম্না ওইরি। হক্কী নত্তবা বিষয় নুংঙাইথোক্কবগী থক্তা শেমশাদুনা লৈ।

মরমদুনা ভগৱাননা মহাক্কী পৈশা অমা ফাও তুংশিন্বা ওইদে। মসিগী মরম করিগীনো? মরমদি মসিনি মদুদি মখোয় পুম্নমক স্থুল কর্মনি অমসুং মদুগী স্থুল কর্মশিংগী মহৈ মসিদা অদুমক ফংবা ওই। মীয়াম্না মসি স্থুল কর্মশিংবু

মথংগী মপোক্কী কর্মনি থল্লি। তৌইগুম্বসুং মদুগী মহৈদি মসিদা অদুমক ফংবা ওই। অমসুং সুক্ষ্ম কর্মগী মনুংদা শেম্বা ওইরিবদু, মসিগী মীয়ামশিংনা খংবা ওইদে। মদুগী মহৈ মথংগী মপোক্তা ফংবা ওই।

ঙসি কনাগুম্বা মীওইনা হুরাল্লি, মদু হুরাম্বা অদু স্থুল কর্মনি। মদুগী মহৈ মসি মপোক্তা ফংবা ওই। হায়বদি মহাক্না অপয়স(তাথীনা ঙাংম্বা) ফংবা ওইরি। পুলিস ওইবনা ফুই, মদু মহৈ পুন্নমক মহাক্না মসিদা অদুমক ফংবা ওইগনি।

## লক্ষ্মীদমক চার্জিগ

**ৱাহং-হংলিবা :** মীয়াম পুন্নমক পৈশাগী মতুংদা কোয়চেন-চেল্লি। মরমদুনা মদুগী চার্জ হেন্না ওইগনিদনা? মদু ওইরগদি মহাক্না মথংগী মপোক্তা লক্ষ্মী হেন্না ফংবা ওইগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়না লক্ষ্মী ধর্মগী লম্বীদা থর্চ তৌগনি, অসিগুম্না চার্জ তৌবা ওইরগদি হেন্না ফংগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না, পূন্নীংদগী ভাৱ তৌবা ওইরগদি মদুদি ঐহাক্না লক্ষ্মী ফংবা, মদু ওইরগদি মথংগী মপোক্তা, অসিগুম্না ভাৱ তৌবা, মদু 'চার্জ' তৌরগদি মহাকপু মহৌশানা লক্ষ্মী পীরোইদ্রা?

**দাদাশ্রী:** নত্তে, নত্তে, মদুদগী লক্ষ্মী ফংবা ওইদে। মসি লক্ষ্মী ফংন্নবগী ভাৱ তৌইদনা, মহাক্না লক্ষ্মী ফংবা ওইজরগসু ফংবা ওইরোই। ওন্না-তৈন্না অথিংবা লাক্কনি। লক্ষ্মী নীংশিংবদগী ফংবা ওইদে, মদুদি পুন্যা তৌবদগী ফংবা ওই।

'চার্জ' হায়বদি পুণ্যগী চার্জ তৌরগদি, মদু ওইরগদি লক্ষ্মী ফংই। মদুসু লক্ষ্মী মতোম্তা ফংবা ওইদে। পুণ্যগী চার্জতা কনাগুম্বগী অপাম্বা ওইবা মদুদি ঐহাক্না লক্ষ্মীগী য়াম্না দরকার ওই, মদু ওইরগদি মহাক্না লক্ষ্মী ফংগনি। কনাগুম্বনা হায়, ঐহাক্তি ধর্ম থক্তবু পাম্মী, মদু ওইরগদি ধর্ম থক্তা ফংবা ওইরি অমসুং পৈশা লৈতবা য়াই। হায়বদি মদুগী পুণ্য অদুগী মতুংদা ঐখোয়না টেন্ডর থাবা ওইরি মদুদি অসিগুম্না ঐহাক্না পাম্মী। মদু ফংবদা পুণ্য থর্চ তৌবা ওই। কনাগুম্বনা হায়গনি, 'ঐহাক্না বঙ্গলা পাম্মী, মোটরশিং পাম্মী, মসি পাম্মী, মদু

পাপ্পী।' মতমদুদা পুণ্য মদুদা থর্চ তৌবা ওইগনি। ধর্মদা করিসু লৈররোই। অমসুং কনাগুম্বনা হায়গনি, 'ঐহাক্না ধর্ম থক্তবু পাপ্পী, মোটোরশিং পামদে, ঐহাক্তি মসি রুম ২থক ওইরগসু চৎকনি, তৌইগুম্বসুং ধর্ম হেন্না পাপ্পী।' মতমদুদা মহাক্না ধর্ম হেন্না ওইবা ওই। অমসুং অতোপ্পা পুন্নমক হন্থবা ওই। মরমদুনা মদু পুণ্যগী মশাগী হিসাবতগী মতুংদা টেন্ডর থাবা ওইরি।

## অসিগুম্বা নীয়ত? মদুদা দান অমাংবা ওই

মতমদুদা মসি ৱীতরাগ ৱিজ্ঞান অদোম্বু কয়াম্না মুক্ত ওইহন্বা অসিগুম্না ফজবনি। থন্বদা মানদব্রা? কয়াদা ফজখ্রবনো! করিগুম্বা থঙলগদি, 'জ্ঞানী পুরুষ'কী মফমদগী থঙদোকউ অমসুং বুদ্ধি ইশাগী স্ময়ক তৌবা ওইরগদি থবক চৎথবা য়াবা মদুগুম্বনি। ব্যাবহারদা মীয়াম্নসু ঐহাক্কী নাক্তগী বুদ্ধি ঐখোয়গী স্ময়ক তৌহৌরো, জ্ঞান লৌজদ্রগসু, মদু ওইরগসু ঐহাক্কী নাক্তা মতম থরা ফম্লবদি বুদ্ধি স্ময়ক ওইবা ওই। মদুদগী মহাক্কী থবক মমাংদা চৎপা ওইরি! মসি জ্ঞান অসি লৈত্রগদি করি দশা ওইরমগনি? অসিগুম্না করিগুম্বা মীওইবনা থঙলগদি কান্নগনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** জ্ঞান লৌদনদি মসিদগী নান্থোকপা ঙম্লোই মদুগুম্বনি।

**দাদাশ্রী :** নান্থোকপা ঙম্লোইদবা মদুগুম্বনি। মদুদি ৱারী শান্নবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে। মহাক্না লুপা ৫০,০০০গী দান পীরি, মদু ওইরগসু অদোমবু অমুক-হন্না করি হায়বগে? 'মসি সেঠ অসিগী প্রেশরনি মরমদুনা পীরি, নত্রগদি পীরোই।' মশা-মতোম্তা থঙবা থক্তা নত্তে, তৌইগুম্বসুং অদোমবু ফোংদোকপা ওইরি। মতুংদা অতোপ্পবুসু ফোংদোক্লি মদুদি ঐহাক্তি অসিগুম্না ৱা-চেৎপনি। মসি ঊইদনা? মসি পুন্নমক মপানদদি? কান্নদবদা উফুনগুম্না ওনখ্রে। মরমদুনা মসি সতসঙ্গ অসিদা তাদুনা লৈরবদি, মহাক্কী থবক ওইরেদনা! পৃথিবী পুম্বগী অৱাবা লৈত্রেদনা!

## দানসু কনামত্তা থঙহন্দনা

**ৱাহং-হংলিবা :** আত্মাথক্তবু ফংজনিংলিবা অদুগীদমক্তদি মীং-চৎপা অসি কান্নদবা পোৎনিদনা?

**দাদাশ্রী :** মীং-চৎপাদি য়াম্না মাংহন্বা ওইবা পোৎনি। আত্মাগী লম্বীদা মীং-চৎপদি মহাক্কী য়াম্না শন্দোকপা ওই, তৌইগুম্বসুং মদুগী মীং-চৎপদুদা মহাক্না করিগুম্বা ইন্টরেস্ট অমত্তা লৈতে। মীংদি শন্দোক্কনিদনা! লংত্রিং-লংবা মণি-মুক্তা ওইরগদি য়েংবগা মীপুম খুদিংমক্না হায়রি মদুদি 'কয়াম ফজনা লাইট লাক্লিবনো, মঙালশিং করম্না কাপথোক্লক্লিবা?' মীয়াম্না শোয়দনা হায়বা ওইরি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না মশাবু মদুদা হরাওবা ওইদে। মসি নত্তনদি মসি সংসারগী ওইবা মরিগী মীং-চৎপনি, মদুগী মমীং-চৎন্বগী চাক্লিবনি। মমীং-চৎন্বগী নিবনি মহাক মরমদুনা লুপা লাক্ষ অমা হাইস্কুলদা পীবা ওইরি, হোসপীতালদা পীবা ওইরি, তৌইগুম্বসুং মীং-চৎপা মহাক্না ফংলবদি য়াম্না য়াইফরে!

মতুংদা মহাক্না ব্যাবহারদা হায় মদুদি দান কনামত্তা থংহনগনু। হৌজিক কনামত্তা থঙহন্দনা কনাগুম্বা থরা থক্তনা পীগনি। মসি নত্তনদি পুম্নমক্না মীং-চৎপগী চানিংবা ওইরি, মরমদুনা পীবা ওইরি। মদুদা মীয়াম্নসু থাগৎপা ওই মদুদি ইবুংঙো! মসি সেঠ, ওহোহো, লুপা লাক্ষকী দান পীরি! মদুথক মদুগী মহুৎ মসিদা অদুমক ফঙলে।

হায়বদি পীদুনা মদুগী মহুৎ মসিদা অদুমক লৌরি। অমসুং কনাগুম্বনা থঙহন্দনা থম্বা, মহাক্না মহুৎ লৌবগী মথংগী মপোক্তা থাদোক্লি। মহুৎ ফংদনদি তোক্তে। অদোম্না লৌবা ওইরগসু নত্রগা লৌদবা ওইরগসু তৌইগুম্বসুং মহুত্তি মদুগী ফংবা ওই।

মশা-মশাগী অপাম্বগী মতুং-ইন্না দান পীগদৌবা ওইরি। মসিদি পুম্নমক ফৈ, ব্যাবহারনি। কনাগুম্বনা প্রেশর পীরবদি মদুদি অদোম্না শুংশোয়-শোয়দনা পীগদৌবনি। মতুংদা লৈ-পরেং হুকই, মরমদুনা পীবা ওইরি মখোয়না।

দান কনামত্তা থঙহন্দবা ওইগদবনি। অসিগুম্না মসি মারৰারী মীয়াম্না ভগৱানগী মনাক্তা তুমিন্না থাদদুনা লাকইদনা! কনাগুম্বা অমত্তবু থঙদ্রগদি মদু ওইরগদি মদু হৌগনি!

## মদুগী ব্যাবহার অফবা কৌই

**ৱাহং-হংলিবা :** হীরাবাগী মতাংদা অদোম্না মসি মতুংদা (মহাক্না লৈত্রবগী মতুংদা)খর্চ তৌথি, মদু ব্যাবহারদা করম্না হায়নবগে?

**দাদাশ্রী :** মসি সংসার ব্যাবহারদা অফবা কৌই মদু।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না লৈগদৌবা সংসার ব্যাবহারদা থক্লি।

**দাদাশ্রী :** মসি সংসার ব্যাবহারদা চুম্মী, তৌইগুম্বসুং মদুদা অফবা উৎপা ওই মসি। অমসুং মদুবু ফজনা উন্বা মরমদুগী ঐহাক্না তৌবা নত্তে। মদুদি হিরাবাগী অপাম্বনি মরমদুনা ঐহাক্না তৌবনি। মসিদা ঐহাক্না অফ-ফত্তগী য়েংবা ওইদে, মদু ওইজরগসু অরান্বা ওইনা উদন্বা অসিগুম্না লৈবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি অদোমগী ৱাফম ওইরে তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গীদমক করি?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না থরাদি পাংথোক্কদবনি, য়াম্না চিংবগী দরকার ওইদে, ইচম-চম্বা (নোর্মেল) ব্যাবহার তৌগদবনি।

## ৱা-ৱাদা পুন্যা থর্চা তৌবা ওই

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি অদোম্না হায়রি মদুগুম্বা নিয়ম ওইরগদি, মদু ওইরগদি হীরাবাগীদমক্তা থর্চ তৌথি মরমদুনা অদোম্না পুন্যা ফংগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্না করি ফংগনি? ঐহাক্না পীবা-লৌবা লৈতে। ঐহাক্তি করিগুম্বা লৌবা-পীবা লৈতেদনা! মসিদা পুণ্য পুনশিল্লোই, মসিদি পুণ্য থর্চ তৌবা ওইরি। ৱা-ৱা তৌবা ওইরি।

নত্রগা কনাগুম্বনা ফত্তবা তৌরগদি, 'অপঙনা য়েংউনে পুম্নমক মাংহল্লি' হায়গনি। হায়বদি মসিদা অদুমক হিসাব তৌবা ওইরি। হাইস্কুল শারুম্মী, মদু ওইরগদি মসিদা অদুমক ৱা-ৱা তৌখ্রে। মফমদুদা ফংবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** স্কুলদি অঙাংশিংগীদমক শাবিরি। মখোয় ময়াম্না লাইরিক তম্নবা, অফবা ৱাখল থন্ননবা।

**দাদাশ্রী :** মদু তোঙান্বা ৱাফম্নি। তৌইগুম্বসুং অদোমগী ৱা-ৱা তৌই, মদু ওইরগদি লোইরে, থর্চ তৌখ্রে।

## কনাগুম্বগী *নিমিত্ত* তগী কনাগুম্ববু ফংব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ৱা-ৱাদি মহাক্কীদমক থর্চ তৌবা, মঙোন্দা চৎকনি

অদোমদা চৎলোইদনা। অদোম্না কনাগুম্বগীদমক থবক তৌরিবদু, মদুগী মহৈ মহাক্না ফঙবা ওইরি। কনাগুম্বগীদমক ঐখোয়না পুণ্য তৌবা মদু মহাক্না ফংবা ওই। ঐখোয়না ফংবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়না তৌবা অমসুং মহাক্না ফঙবা? অসিগুম্না তান্ত্রা, করিগুম্বা নুমিত্তা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্কী *নিমিত্ত* ( মাধ্যম ) তগী ঐখোয়না তৌইদনা?

**দাদাশ্রী :** মহাক্কী *নিমিত্ত* তগী ঐখোয়না তৌব্রা? মহাক্কী *নিমিত্ত* তগী ঐখোয়না চারগদি করি কায়বগে? নত্তে, নত্তে, মদু পুন্নমক মসিদা থেনবা ওইদব্রা। মসিদি পুন্নমক তৌশিন্নবা তৌদুনা মীয়ামবু ওন্না-তৈন্বা লম্বীদা চৎহল্লি, মহাক্কী *নিমিত্ত* তগী! মহাক্না চানিংদবা অমসুং ঐখোয়না চারগদি করি অরান্বা ওইবগে? পুন্নমক নিয়মগা লোয়ন্ননি সংসার পুন্নমক?

## মদুদা ফুগায়না শাৎলি আত্মা শক্তীশিং

মসি নত্তনদি, লোয়ন্না মদুবু লাক্কদ্রা? মসি লোয়ন্না লাকপা ওইদে। মসিদা খুদক্তা মদুগী মমল ফংবা ওইরি, ৱা-ৱা খুদক্তা ফংবা ওইরি। অমসুং আত্মাগীদমক থম্বা অদু, মদু লোয়ন্না লাকই।

**ৱাহং-হংলিবা :** লোয়ন্না করি লাক্কনি, কদায়দা!

**দাদাশ্রী :** লোয়ন্নদি ঐহাক্না মদুবু পীরি, মদু আত্মাগীদমক্ত, মদুদগী আত্মাগী শক্তী থঙহৌদনা ফুগায়না শাৎপা ওইরি। মদু ঐখোয়গা লোয়ন্না লাক্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমসুং মসিদদি খর্চ তৌবদুসু, মদুদি ৱা-ৱা তৌরি মদুখক ফঙবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** ফঙলে। ৱা-ৱা ফঙবা ওইরি।

## ‘ৱা-ৱা’গী চীঞাক

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না দান তৌবা মদুদা ঐহাক্কী ভাৱ ধর্মগীদমক্তা, অফবা থবক্কী ওইবা ওই। মদুদা মীয়াম্না ৱা-ৱা তৌরগদি মদু পুন্নমক মাংলোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মসিদা অচৌবা পৈশা থর্চ তৌই, মদু শন্দোকপা ওইরি অমসুং মদুগী ৱা-ৱা তৌবা ওই। অমসুং অসিগুম্বা পৈশাসু দানদা চৎপা ওইরি মদুদি কনাগুম্বা অমত্তনা খঙবা ওইদে অমসুং ৱা-ৱা তৌদে। মরমদুদা মদুগী কান্নবা ফংগনি! ঐখোয়না মদুগী কোক-য়েগদবা মদুদা য়াওগদৌবা নত্তে। ঐখোয়গী পূন্নীংদা অসিগুম্বা ভাৱ লৈতে মদুদি মীয়াম্না 'চাক-পীজবা'! মসিখক ভাৱ তৌইগদবনি। জগত্তি মহাবীরগীসু ৱা-ৱা তৌরম্মী! তৌইগুম্বসুং মদুবু মহাক মশামক্না লৌদেদনা! মসি দাদাগীসু মীয়াম্না ৱা-ৱা তৌরম্মী! তৌইগুম্বসুং মদুবু মহাক 'মশামক্না' লৌদেদনা! অমসুং মসি চারাম-চদৎন্বা মীওইশিংদি খুদক্তা লৌবা ওই। দানগী খঙদ্রি ফাওবা লৈবা ঙমদেদনা! মীয়াম্নদি ৱা-ৱা তৌদনদি লৈবা ঙল্লোই, তৌইগুম্বসুং মশানা মদুবু লৌদ্রগদি মতুংদা করি প্রোব্লেম ওইবগে? লৌরগদি লৈনা নারেদনা? ৱা-ৱা লৌদবা মহাক্না করিসু তৌবা ওইদে। ৱা-ৱা মশামক্না লৌবা ওইদে। মরমদুনা মহাক্না করিগুম্বা অমাংবা ওইদে অমসুং থাগৎলিবা অদুনা, মহাক্না পুণ্য পুনশিন্বা ওই। অফবা থবক্কী অনুমোদনাগী পুণ্য পুন্বা ওইরি। হায়বদি অসিগুম্বা পুন্নমক মনুংদা ওইবা ওই। মসিদি পুন্নমক মহৌশাগী নিয়মনি।

থাগৎলিবদুনা মঙোন্দা মদু য়াইফবা ওইবা ওই। মতুংদা তাবশিংদুনা মহাক্কী পূন্নীংদা অফবা ভাৱগী মরু তাবা ওই মদুদি 'মসিসু তৌবদা মতীক চাই। ঐখোয়নদি অসিগুম্না খঙলমদে!'

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না অফবা থবক হকচাং, পূন্নীং অমসুং পৈশাদগী তৌদুনা লৈবা ওই, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ঐখোয়গী ফত্তবা থক্তবু ঙাংলগদি, ইকায়বা পীরগদি মদুগী করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** ইকায়বা পীরিবদুনা, মহাক্না য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা পাপ পুন্বা ওইরি। হৌজিক মসিদা ঐখোয়গী কর্ম শেংদোকপা ওইরি অমসুং ইকায়বা পীরিবা অদুদি *নিমিত্ত* ওইরি।

## ৱা-ৱাগী অপাম্বা

অরে, ঐহাক্তি ইশাগী স্বভাৱ নাপ লৌরম্মী! ঐহাক্না অগাস (শ্রীমতজিগী আশ্রম) চৎলম্মী। মদুগী মতমদুদা কোন্ট্রেক্টকী বিজিনেস তৌরম্মী। হৌজিক লুপা

১০০ করিসু ৱাৎপা লৈরমদে, মদুগী মতমদুদা পৈশাগী মমল য়াম্না লৈবা ওইরম্মী। পৈশাগী অৱাৎপা লৈরমদে, মদু ওইজরবসু ঐহাক্না অগাস চৎপদা, মদুদা পৈশা ইবা ওইহল্লম্মী। মতমদুদা লুপা ১০০গী নোট লৌথোক্তুনা হায় মদুদি 'লৌরো, ২৫ লৌরো অমসুং ৭৫ হল্লকউ।' হৌজিক ৭৫ অমুক হন্না লৌরমদ্রগদি য়াগনি। তৌইগুম্বসুং পূক্নীং কনজুজ(য়াম্না লিকপা) অমসুং চাক্নিবা, মরমদুনা ৭৫ অমুক হন্না লৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, অদোম মতমদুদসু কয়াদা সুক্ষ্ম উবা ওইরি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না করি হায়বা পাম্বগে মদুদি মসি স্বভাৱ, প্রক্রুতি মাংবা ওইদেদনা! মদুদা মতুংদা ঐহাক্না থিজিল্লি। অসুম্নদি মীয়াম্না ঐহাকপু হায় মদুদি 'য়াম্না নোবল লৈবনি অদোম!' ঐহাক্না হায়, 'মসি করম্না নোবল?' মসিদা কনজুজ ওইরি। মতুংদা থিবদা ঐহাক্না থংবা ওইথি মদুদি ঐহাক্নী ৱা-ৱা তৌবা, মদুদা লুপা লাক্ষ খর্চ তৌরম্মী, নত্রগদি পৈশা ফাও পীরমদে। মদুগী স্বভাৱ অদু মপুংফানা কনজুজ নত্তে, তৌইগুম্বসুং ৱা-ৱা তৌদবা, মদুদা ধর্ম ওইবা নত্রগা করিগুম্বা অমা ওইরবসু, তৌইগুম্বসুং মদুদা পীবা ঙম্লমদে। অমসুং ৱা-ৱা তৌবগা তান্বা পুম্নমক পীথোক্লম্মী। পূদুনসু। হৌজিক ৱা-ৱা নুমিৎ কয়ানি? নুমিৎ ৩নি। মতুংদা করিসু তৌদে। নুমিৎ ৩নি ফাও লাও-থোং থরা তৌই, মতুংদা লেপ্পা ওইরি।

য়েংউনে, ঐহাক্না নীংশিংবা ওই। ১০০ পীগদবা, মদুদা ৭৫ অমুক হন্না লৌবা। ঐহাক্না ঙসিসু উবা ওই, হৌজিকসু। মদুগী ওফিস অদু উবা ওই। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না হায়, 'অসিগুম্বা শাজৎ!' মসি মীয়ামগী কয়াদা চাওবা পূক্নীং ওইরিবা! ঐহাক্না ইশাগী শাজৎপু খঙবা ওইরম্মী। শাজৎ পুম্নমক। অসিগুম্নদি অচৌবা পূক্নীংসু লৈরম্মী! তৌইগুম্বসুং ৱা-ৱা, তিকী-তিকী হোৎপা দরকার ওই। তিকী-তিকী তৌবগা মদুদি চেলম্মী।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, মদু জীবকী স্বভাৱরা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু প্রক্রুতি, পুম্নমক প্রক্রুতিনি।

অমসুং মখোয়দি খোংফম হোংদবনি, মখোয় (ৱানিয়া; জৈন, ব্যাপার) ফল্লিদনা, মখোয় পক্কা ওইবনি। মখোয়না ৱা-ৱাদগী মুনহন্বা ওইদে। মখোয়দি

থল্লি মদুদি মমাংদা তুংবা ওইরি নত্রগা মসিদা অদুম লৈহৌব্রা? মখোয় ৱা-ৱা তৌরিবশিংদুদি মসিদা শিজিন্নখ্রে, মদুগী মহৈদি ঐহাক্কা লৌখি, চাখি ঐহাক্কা। অমসুং মসিদি ৱা-ৱাবু থিদে, মফমদুদা মহৈ থিবা ওইরি মখোয়না। ওৱরড্রাফ্ট, য়াম্না লিংবা, ৱাখল য়াম্না লৈবা মীয়াম্নিদনা! ঐখোয় অমদগী হেন্না ৱাখল থন্বা। ঐখোয় ক্ষত্রিয়া মীয়ামগীদি অমুক্তং য়ান্বা অমসুং তংকায় অনীথোক্কা তাবা। তীর্থঙ্কর পুন্নমক ক্ষত্রিয়া ওইরম্মী। সাধু মশামক্কা হায়রম্মী, 'ঐখোয়না তীর্থঙ্কর ওইবা ঙম্লোই। মরমদি ঐখোয়না সাধু ওইরগদি কা-হেন্না ত্যাক তৌরগসু সনাগী সেনজোয় অমতং ওইরগসু থম্বা ওই মনুংদা! করিগুম্বা নুমিত্তা অৱাবা লাক্লগদি?' মদু মহাক্কী মচং ওইবা গ্রন্থি অমসুং অদোম্না খুদক্তা পীবা ওইরি। প্রোমিস টু পে হায়বদি প্রোমিস পুন্নমক! অতোপ্পা হৈতেদনা! খঙদে মনুংদা। 'থিঙ্কর'(ৱাখল য়াম্না থন্বা) ওইদে। তৌইগুম্বসুং নান্থোপা থুনা মহাক্কা ফংবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** নান্থোপা থুনা ফংবা ওই!

**দাদাশ্রী :** হোয়, মখোয়না মোক্ষতা চৎপা ওই। কেৱলজ্ঞান ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং তীর্থঙ্করদি মসি ক্ষত্রিয়া থক্তনা ওইবা ওই। মখোয় মীয়াম পুন্নমক্কা য়াবা ওই ঐহাক্কী নাক্তা, ঐখোয় ক্ষত্রিয়া হায়না কৌরি। ঐখোয়না অসিগুম্না তৌবা হৈতে। য়াম্না মনুং-হুৎপনি মসি। অমসুং মসিদি ৱাখল য়াম্না থন্বা প্রজা! পুন্নমক খনদুনা-ৱাখল থন্দুনা, পোৎ খুদিংমক্তা ৱাখল থন্দুনা থবক তৌই। অমসুং ঐখোয়(ক্ষত্রিয়শিংনা)পছতাৱা(লাল্লে ফাওবা) গী লোইবা নাইদে। মখোয়না পছতাবা য়াম্না ফাওবা ওইদে।

## ...তৌইগুম্বসুং নেম-প্লেটতা পুংমাং মাংখ্রে!

কনাগুম্বনা ধর্মদা লুপা লাক্ষ পীবা ওই অমসুং নেম-প্লেট থেৎপা ওইরি অমসুং কনাগুম্বা মীওইবনা লুপা ১খক ধর্মদা পীবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমত্তা খঙহন্দনা পীরি, মদু ওইরগদি মসি খঙহন্দনা পীবা মদুগী মমল য়াম্না লৈ, মতুংদা মহাক্কা লুপা ১খক পীবা ওইজরগসু। অমসুং মসি নেম প্লেট থেৎপা অদুদি 'বেলেন্স শীট' লোইবা ওইরে। ১০০গী নোট অদোম্না ঐঙোন্দা পীবা অমসুং ঐহাক্কা অদোমদা শেনজোয় পীবা। মদুদা ঐহাক্কা লৌবা লৈত্রে অমসুং অদোম্না পীবা লৈত্রে! অদোম্না ধর্মদা দান পীদুনা মশাগী নেম প্লেট থেৎলি,

মরমদুনা মতুংদা লৌবা-পীবা অমত্তা লৈত্রেদনা! মরমদি ধর্মদা দান পীবা মদুগী মহুৎ মদুদা নেম প্লেট থেৎতুনা লৌরি। অমসুং কনাগুম্বনা লুপা ১ প্রাইভেটতা পীবা, মহাক্কী লৌবা-পীবা তৌদ্রি, মরমদুনা মহাক্কী বেলেন্স লেমহৌরি।

ঐখোয়না লাইশঙদা অমসুং মফম খুদিংমক্তা চৎপা ওই। মদুদা মফম খরাশিংদা ফল্লাং পুমবদা নেম প্লেটশিংনা পীক-থন্না পুংথন-থন্বা ওইরি! মদুগী নেম প্লেটশিংদুগী ৱেল্যুএশন(মমল) কয়ানো? হায়বদি মমীং চৎন্বগীদমক! অমসুং মদুদা মীং-চৎনবগীদমক পুমথন-থন্বা ওইবা মফমদুদা মীওইবনা য়েংবা ফাও ওইদে, মদুদি মসিদা করিবু পাগদৌরিবা? লাইশঙ পুন্নমক্তা নেম প্লেট অমথক ওইরগদি পান্বগী মতম লৈ, তৌইগুম্বসুং মসিদি পীক-থন্বা, ফল্লাং পুংথন-থন্না নেম-প্লেটশিং থেৎপা ওইরিদনা, মদু ওইরগদি করি তৌগনি? মদু ওইজরবসু মীয়ান্না হায় মদুদি ঐগী নেম প্লেট থেৎলু! মীয়ামশিংনা নেম প্লেট থক্তবু পাম্মীদনা!

## লক্ষ্মী পীবা অমসুং নেম প্লেট লৌই

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওই কয়ানা খঙদনা পীবা ওই মদু ওইরগদি অর্থ লৈতেদনা মদুগী?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, খঙদনদি পীবা ওইদে। মখোয় য়াম্না শিংবা ওই, মখোয়দি মশাগী কান্নবগী থক্তা তৌবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ধর্মগী খঙবা তৌদনা, মমীংগীদমক্তা পীবা। নেম প্লেট থেৎন্নবগীদমক পীবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদুগী মীংদুদি, হৌজিক মসি মীং অসিগী লোইখ্রে! মমাংঙৈদদি মীংগী ওইরমদে। মসিদি হৌজিক য়োন্বা ওইরি মীংবুসু, মসি কলিযুগকী মরম্না। মসি নত্তনদি মমাংঙৈদদি মীং-বিং লৈবা ওইরমদে। মখোয়না পীদুনা লৈরম্মী লেপ্পা লৈতনা। মরমদুনা ভগৱান্না মহাকপু করি হায়বগে? শ্রেষ্ঠী কৌরম্মী অমসুং হৌজিক মখোয়বু সেঠ কৌরি।

## শুভ (অফবা) ভাৱ তৌদুনা লৈয়ু

**ৱাহং-হংলিবা :** মায়কৈ অমরোমদা মনুংদা ভাৱ ওইবা ওই মদুদি

ঐহাক্না দানদা পুন্নমক পীগনি, তৌইগুম্বসুং তশেংনদি মদুসু লৈবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** মদু পীবা ঙমদেদনা! পীবা অসিবু লাইব্রা? দান তৌবদি লুবা পোৎনি! মদু ওইরগসু ভাৱ তৌগদবনি। পৈশা অফবা মফমদা পীবা, মদু ঐখোয়গী সত্তাগী ৱাফম নত্তে। ভাৱ তৌবা য়াই, তৌইগুম্বসুং পীবা ঙমদে অমসুং ভাৱগী মহৈ মথংগী মপোক্তা ফংবা ওই। দানদি মসি খুঙ (মীওইবা) না মতৌ করম্না পীগনি? অমসুং পীরগদি, মদু 'ব্যাৱস্থিত' পীহন্বা ওইরি, মরমদুনা পীরি। 'ব্যাৱস্থিত'না তৌহল্লি, মরমদুনা মীওইবনা দান পীরি। অমসুং 'ব্যাৱস্থিত'তৌহন্দ্রগদি, মরমদুনা মীওইবনা দান পীদে। 'ৱীতরাগ'না দান লৌন্নবগী নত্রগা দান পীন্নবগী মোহ ওইবা ওইদে। মখোয়দি 'শুদ্ধ ওপয়োগ' ওইবা ওই!

দান পীবা মতমদা 'ঐনা দান পীরি' অসিগুম্বা ভাৱ লৈবা ওই। মদুগী মতমদুদা পুণ্যগী পরমাণু চিংশিন্বা ওই অমসুং ফত্তবা থবক তৌবা মতমদা পাপকী পারমাণু চিংশিন্বা ওই। মখোয়না মহৈ পীবা মতমদা শান্তি মহৈ পীবা ওই নত্রগা অশান্তি মহৈ পীবা ওই। অজ্ঞান্নী ওইরিবথৈ, মদু ফাও মহৈ ফুগৎপা ওই, নুংঙাইবা-অৱাবা ফুগৎপা ওই। মদু নত্তবদা জ্ঞানীনা মদুবু ফুগৎপা ওইদে, 'খঙবা' ওই।

## লক্ষ্মীগী সদুপয়োগ করম্বদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং খল্লুনে কনাগুম্বগী পুণ্য কর্মদগী মহাক্কী মনাক্তা লুপা লাক্ষ কয়া-কয়া লৈরবদি, মদু ওইরগদি মদুবু লাইরবশিংদা য়েন্থোকপা নত্রগা ইশামক শিজিন্নগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুগী পৈশাদু য়ুমগী মীয়ামবু অৱাবা ওইদবা, মদুগুম্না খর্চ তৌগদবনি। য়ুমগী মীয়ামদা হংউ মদুদি 'ইবুংঙো, নহাক্না অৱাবা ওইদেদনা?' মতমদুদা মখোয়না খুম্মী, 'লৈতে, লৈতে।' মদু ওইরগদি মদুগী লিমিট মহাক্কী, পৈশা খর্চ তৌবগী। মরমদুনা মতুংদা ঐখোয়না মদুগী মতুং-ইন্না তৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** সন্মার্গ (অফবা লম্বী) দদি খর্চ তৌগনি দনা?

**দাদাশ্রী :** মতুংদা, লেমহৌবা পুন্নমক অফবা লম্বী থক্তদা খর্চ তৌগদবনি। য়ুমদা খর্চ লৈদনা, মদু পুন্নমক গটর থক্তদা চৎকনি। অমসুং

অতোপ্পদা খর্চ তৌরগদি, মদু অদোম ইশামক্কী সেফ সাইড ওইরে। হোয়, মসিদগী লোয়ন্না পুবা য়াদে, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা লম্বীদা সেফ সাইড তৌবা য়াই।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং য়েংলগদি মদু লোয়ন্না পুখিবা ওইরি, অসিগুম্না হায়গনিদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, লোয়ন্না পুবা য়াবা মদুগুম্বনি, ঐখোয়গী সেফসাইড ওইবা। হায়বদি করিগুম্বা লম্বীদগী অতোপ্পবু করিগুম্বা নুংঙাইবা ফংন্বা, মদুগীদমক খর্চ তৌগদবনি। মদু পুম্বা অদোমগী সেফ সাইডনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** লক্ষ্মীগী সদুপয়োগ(অফবদা শিজিন্নবা) করম্ববু কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** মীয়ামগী কান্নবগীদমক নত্রগা ভগৱানগীদমক খর্চ তৌবা, মদুবু সদুপয়োগ কৌই।

## ঐহাক্কীসু ভাৱনা মতম চুপ্পদা লৈ

ঐহাক্কী নাক্তা লক্ষ্মী লৈরম্লগদি ঐহাক্না লক্ষ্মীসু পীরমগনি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা করিগুম্বা লক্ষ্মী ঐহাক্কী নাক্তা লাকত্রি অমসুং লাক্লগদি হৌজিক্সু পীন্নবগী লেপ্লি। ঐহাক্না ইশাগা লোয়ন্না পুন্নমকপু পুগদ্রনে? তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা থৱা পীয়ু পুন্নমকপু! মদু ওইরবসু জগত অসিনা লক্ষমী পীবগী মহুত্তা, করম তৌনা মসি সংসারদা পুন্নমক নুংঙাইন্বা, পুন্সি করম্না হিংগনি, অসিগুম্বা লম্বী উৎলু। লক্ষ্মীদি লুপা ১০,০০০ পীরবসু মদু ওইরগদি মথংগী নুমিত্তা মহাক্না থবক লেপ্পা ওইগনি, মরমদুনা লাক্ষ্মী পীবা ওইদে। মতৌ অসুম্না লক্ষ্মী পীবা মরালনি। মীওইববু অতন্বা ওইহল্লি। মরমদুনা মপানা মচাগীদমক লক্ষমী হেন্না পীরোইদবনি, নত্রগদি মচাদুনা য়ু-থকপা ওইগনি। মীওইবনা পোত্থবা ফংবগা, অতোপ্পা ওন্না-তৈন্বা লম্বীদা চৎপা ওই।

## অঙাংশিংবু পীগদ্রা নত্রগা দান তৌগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পুণ্যগী উদয়দগী শীজিন্নগদবদগী হেন্না লক্ষ্মী ফংবা ওইরগদি?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি থর্চ তৌগদবনি। মচা-মসুশিংগী হেন্না থল্লোইদবনি। মখোয়বু লাইরিক তমহন্বা, পুন্নমক ক্লমপ্লীট তৌদুনা, মহাকপু সর্বিস তৌহন্বগা, মদু ওইরগদি মখোয়না থবক হৌরে। মরমদুনা য়াম্না থল্লোইদবনি। বেঙ্কতা থরাদি, করিগুম্বা মফমদা থমদুনা লৈহল্লু, লিশিং তরা-কুন, মদু ওইরগদি করিগুম্বদা অৱাবদা তাবা ওইরগদি মহাকপু পীখো। মঙোন্দা হায়গনু মদুদি, ইবুংঙো ঐহাক্না থমদুনা লৈরি। হোয়, নত্রগদি অৱাবা লাক্রুগসু লাকহন্নবা তৌগনি।

মীওই অমনা ঐঙোন্দা হংখি মদুদি 'অঙাংশিংবু করিগুম্বা অমত্তা পীরোইদ্রা?' ঐহাক্না হায়, 'মচা-মসুশিংবু পীগদবনি। ঐখোয়গী ইপানা ঐখোয়বু পীবা মদু পুন্নমক পীগদৌবনি। মরক্কী অদুনা, মদুনা ঐখোয়গী। মদুবু ঐখোয়না অপাম্বা মফম ধর্মগীদমক্তা দানদা থর্চ তৌ।'

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী উকীলশিংগী লোদসু অসিগুম্বনি মদুদি অহনশিংনা পীরম্বা প্রোপরটী লৈবা, মদুবু মচা-মসুশিংদা শুংশোয়-শোয়দনা পীগদৌবা অমসুং মশাগী প্রোপরটী অদুনা, মপাদুনা তৌগে থন্বা মদু তৌবা।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌগে থন্বা মদু তৌবা। ইশাগী খুৎতগী পাঙথোক্কদবনি! ঐখোয়গী লম্বী করি হায়বগে হায়বদা নহাক্কী নশাগী মাল ওইরগদি, মদুগী মাল অদু তোঙান খায়দোক্কুনা থর্চ তৌ, মদু ওইরগদি মদু নহাক্না লোয়ন্না লাক্কনি। মরমদি মসি জ্ঞান লৌরবা মতুংদা হৌজিক মপোক ১-২ লেমহৌরি, মরমদুনা লোয়ন্নদি দরকার ওইদনা? য়াত্রদা, অতোপ্পা খুঙ্গদা চৎপা ওইরগদি পারাঠা পুবা ওই, মদু ওইরগদি মসিদা দরকার ওইরোইদ্রা পুন্নমক?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়াম্না লৈবদি করম কান্দা কৌবগে? ত্রস্টীদৌনা লৈবা ওইরগদি?

**দাদাশ্রী :** ত্রস্টীদৌনা লৈবা মদু খ্বাইদগী অথোইবনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না লৈবা ঙমদে। পুন্নমক্তগী লৈবা ঙমবা ওইদে। মখোয় পুম্বনা মপুংফানা ত্রস্টীদৌনা লৈবা ঙমদে। ত্রস্টী হায়বদি জ্ঞাতা-দ্রষ্টা ওইরে। তৌইগুম্বসুং ত্রস্টীদৌনা মপুংফানা লৈবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং ভাৱ অসিগুম্না তৌরগদি থরা-থজিক্তি লৈবা ঙমগনি।

অমসুং অঙাংশিংদি কয়াম্না পীগদবা ওইবগে? ঐখোয়গী ইপানা পীবা মদুখৈ, করিসু পীবা ওইদ্রগদি ঐখোয়না করিগুম্বা খরাদি শুংশোয়-শোয়দনা পীগদবনি।

মচানা য়ুথকপা ওই, য়াম্না মরাং-কায়না লৈরগদি?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, ওইবা ওই। মচানা য়ুথকপা ওইদনবা মদুখৈদি পীগদবনি?

**দাদাশ্রী :** মদুখক পীগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** কা-হেন্না পীবা ওইরগদি মদুগুম্না ওইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুনা মতম পুন্নমক্তা মহাক্কী মোক্ষ মাংহনগনি। মতম পুন্নমক্তা নিয়মগী মতুং ইন্বা অসি ফৈ! অঙাংশিংদা হেন্না পীবা অসি মরালনি। মসিদি ফোরেন ওইবশিংনসু খঙবা ওই! কয়াদা জ্ঞান তারিবা! মখোয়দি চারোন-শুরোন ৭ ফাওগী মীহৌবা! ঐহাক্কী তরেৎসুবা চারোন-শুরোনগী ঐহাক্কী অঙাংশিংগী মদুদা অসিগুম্না ওইয়ু। কয়াম্না মীহৌবা ওইরিবা মসি মীয়াম্না? নুপামচাবু ঐখোয়না পৈশা তান্বা হৌহনগদবনি, মদু ঐখোয়গী দাইত অমসুং নুপীমচাশিংবু ঐখোয়না লুহোং-বিগদবনি। নুপীমচাশিংবু করিগুম্বা খরা পীগদবনি। হৌজিক্কী মতমদা নুপীমচাশিংবু শরুক পীরিদনা পার্টনরগুম্না? লুহোংবদা খর্চ ওইবা ওইদনা? মতুংদা মথক্তগী করিগুম্বা খরা পীবা। মহাকপু সনা-লিকোন পীবা, মদু পীবা ওইদনা! তৌইগুম্বসুং ইশাগী ওইবা অদুদি ইশানা খর্চ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংবু য়ুমগী বিজিনেস পীবা অমসুং লোন খরাসু পীগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়গী নাক্তা মীলিয়ন ডোলর লৈবা নত্রগা মিলিয়ন ডোলর তংখায় লৈরবদি, মদু ওইজরবসু নুপামচানা লৈরিবা য়ুম অদু, মদু নুপামচাবু পীয়ু। মদুগী মতুংদা থবক অমা হৌদুনা পীয়ু, মহাক্কা পাম্বা মদু। করম্বা থবক মহাক্কা পাম্বগে, মদুবু হংদুনা মহাক্কা পাম্বা থবক অদু, মদুবু তৌহল্লু অমসুং লুপা লিশিং ২৫-৩০ বেঙ্গতগী লৌদুনা পীয়ু, লোনদা। মদু ওইরগদি থিদুনা লৈগনি মশা-মক্কা। অমসুং খরাদি ঐখোয়বু পীগদবনি। মহাক্কা পাম্বা

মদুদগী পৈশা তংখায় ১ ঐখোয়বু পীবা অমসুং তংখায় ১ বেঙ্কতা মদুদগী লোন থিদুনা লৈনবা। হায়বদি ইনবীবা মীওইগী দরকার ওই মহাক্না। মদুনা মরম ওইদুনা য়ুথক্তন্বা। মতুংদা মচানুপানা হায়বা মদুদি 'মসিগী চহী অসি ঐহাক্না লোন থিবা ঙল্লোই।' মতমদুদা হায়গনি মদুদি ঐহাক্না পূরক্তুনা পীগে নহাকপু লিশিং ৫, তৌইগুম্বসুং থুনা শিংদোকখিগদবনি। হায়বদি লুপা লিশিং মঙা পূরক্তুনা পীগনি। মতুংদা ঐখোয়না লুপা লিশিং ৫ অদুবু নীংশিংগনি, 'মদু থুনা শিংগদবনি, অসিগুম্বা হায়থি।' অসিগুম্বা নীংশিংলবদি মচানুপানা হায়, 'অদোম হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাংলকখিগনু হৌজিক।' মরমদুনা ঐখোয়না খঙগদবনি। 'য়াম্না ফবনি অদু।' মরমদুনা মতুংদা অমুক-হন্না লৌবা লাক্লরোইদনা! ঐখোয়না কায়বা ওইদে, 'হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাংলকখিগনু' অসিগুম্বা হায়বা অদুদা, তৌইগুম্বসুং লৌবা লাক্লরোইদনা!

হায়বদি ঐখোয়গী সেফ সাইটড ঐখোয়না থমগদবনি অমসুং মতুংদা শোয়বা ওইনা উদে, মচানুপাগী মমাংদা। মচানুপানা হায়, 'পাবুংদি য়াম্না ফৈ, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী স্বভাব অখোইবনি। ঐহাক্না ওন্না-তৈন্না ঙাংই মরমদুনা। মসি নত্তনদি পাবুংদি য়াম্না ফৈ।' হায়বদি নাম্হোক্তুনা চেল্লু, মসি সংসারদগী।

## আদর্শ বিল

নুপীমচাবু চাং খরাদা পীগদবনি। নুপামচাবু পীয়ু, তৌইগুম্বসুং চাং খরাদা। মসি নত্তনা লন তংখায় অমদি ঐখোয়গী নাক্তা থমগদবনি। হায়বদি প্রাইবেট! খঙহন্দবা মদুগুম্বা। অতোপ্পা পুন্নমক ফোংদোকউ অমসুং হায়য়ু মদুদি ঐখোয় অনিনা হিংলিঙৈ ফাওবা দরকার ওইদনা?

হায়বদি ঐখোয়না নিয়ম-চুম্না, খঙবগা লোয়ন্না থবক তৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মীওইবনা শিরবদি, মদুগী মতুংগী বিল করম্না ওইগদবগে?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, শিবা মতুংদদি ঐখোয়গী নাক্তা লৈবা অদু, লুপা লাক্ষ ২মখায় লেম্মী, মদুদি ঐখোয়গী ইমাংমক্তদা, শিবা ফাওবদা লৈহনগনু। য়াবা ওইরগদি ওৱরড্রাফ্ট লৌথোকউ। হোসপীতলগী, জ্ঞানদানগী, পুন্নমক্কী ওৱরড্রাফ্ট

লৌথোকউ অমসুং মতুংদা লেমহৌবা মদু অঙাংশিংবু পীয়ু। মদু খরা লেমহন্বা মদুসু চন্মী। মদুগী মীহৌবা অদু মহাক্কীনিদনা, মদুগী মীহৌবদুগীদমক লুপা লিশিং ৫০ থম্মু। মতুংদা লুপা লাক্ষ ২গী ওৱরড্রাফ্ট লৌথোকউ, মথংগী মপোক্তা ঐখোয়না করি তৌগনি? মসি পুন্নমক মমাংগী মপোক্কী ওৱরড্রাফ্ট হৌজিক খর্চ তৌরি, মদু ওইরগদি মসি মপোক অসিদা ওৱরড্রাফ্ট লৌথোক্লোইদ্রা? হোয়, কনাগুম্বা অমবু ঐখোয়না পীদে মসি। মসি মীয়ামগী কান্নবগীদমক, মীয়ামগী য়াইফন্বগীদমক খর্চ তৌরি, মদু ওৱরড্রাফ্টনি হায়না কৌগনি। মচানুপাশিংবু পীদুনা নিংহন্নরি। অসিগুম্বা নিংহন্নরিদনা তশেং-তশেংনা! মচানুপাগী য়াইফন্বা করম্না তৌগনি, মসি ঐখোয়না খঙগদবনি। মরমদুনা ঐহাক্কী নাক্তা লাক্তুনা ৱারি শান্নগদৌবনি।

মরমদুনা ঐহাক্না হায়গনি মদুদি উফুনদা চৎতন্বা, মদুগী মহুৎতা করিগুম্বা অফবা লম্বীদা চৎন্বা, অসিগুম্বা খরা তৌ। মতুংদা কান্নগনি অমসুং মদুদগী পোলোইবগী চৎপা মতমদা উবি ৪ পুনগনিদনা! অমসুং মদুদসু নুপামচানা করি হায়গনি, ‘খরা হোংবা মহি য়াওদবা অদু পীয়ু!’ অদোমগী মফমদা য়াম্না লৈরবদি, অফবা লম্বীদা পৈশা খর্চ তৌ, মীয়ামগী য়াইফন্বা খর্চ তৌ। মদুখে অদোমগী, লেমহৌবা গটরদা...

মসিদি অসিগুম্বা পুন্নমক ঙাংলোইদবনি, মদু ওইজরগসু ঐহাক্না হায়রি!

## অমসুং অসিগুম্না হিসাব শিংদোকপা ওই

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওই অমবু ঐহাক্না লুপা ৫০০ পীবা অমসুং পৈশা অদু মহাক্না শিংদোকপা ঙমদে। অমসুং অনীসুবদা ঐহাক্না লুপা ৫০০গী দান পীবা। মসি অনীসিদা করি থেৎন্বগে?

**দাদাশ্রী :** মসি দান পীবা মদু তোঙান্বা ৱাফম্নি। মদুদা দান লৌরিবা, মদু পৈশা-তোন্বা ওইবা ওইদে। অদোম্না দানগী মহুৎ অদোম্না অতোপ্পা মওংদা ফংবা ওই। দান লৌরিবা মীওইবা, মহাক্না মহুৎ পীবা ওইদে। মদুদদি অদোম্না পৈশা নিরিবা, মঙোন্দগী অদোমদা পীগদবা ওই। মতুংদা অরোইবদা অউনপোৎকী মওংদসু মহাক্না পৈশা পীগনি। ঐখোয়গীদা হায়নৈদনা মদুদি নুপামচানি লাইরবা ইমুংগী, তৌইগুম্বসুং ইমুং-মনুং সংস্কার ওইবনি, মরমদুনা লিশিং৫০ মহাকপু

অঙনপোৎতা পীয়ু! মসি করিগী অঙনপোৎ তল্লিবনো? মসিদি শিংদোক্তদুনা লৈবা, মদুবু শিংদোক্লি। হায়বদি অসিগুম্বা হিসাবনি পুম্নমক। অমরোমদা মচানুপী পীরি অমসুং পৈশাসু পীরি। মরমদুনা, অসিগুম্না হিসাব পুম্নমক শিংদোকপা ওইরি।

# থাজবা কৌবা য়াবা

কনাগুম্বনা ডোলর ৫০০০ অদোমগী খুত্তগী মুনথ্রগদি করি তৌগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না কয়া কয়া মুনখ্রে। লন-থুম পুম্নমক চৎখ্রে।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি করি তৌবগে?পূক্নীংদা করিসু ফাওদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিসু ফাওদে।

**দাদাশ্রী :** মদুখৈ ফৈ, মদু ওইরগদি জ্ঞান তাবনি। মুন্নবগীদমক্তা লাকপা ওই। মসিদা ফমদ্রগদি মদুদা ফমগনি। মরমদুনা অফবা মফমদা ফমহল্লু। নত্রগদি অতোপ্পা মফমদদি ফমগদৌরি। পৈশাগী স্বভাবতি অসিগুম্বনি, মরমদুনা অফবা মফমদা চৎত্রগদি ওন্নবা লম্বীদা চৎকনি। অফবা লম্বীদা য়ামদনা চৎলি অমসুং ওন্নবা লম্বীদা য়াম্না চৎলি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অফবা লম্বী তাকপীয়ু। করম তৌনা খঙগনি মদুদি লম্বী অফব্রা নত্রগা ফত্তব্রা?

**দাদাশ্রী :** অফবা লম্বীদি মদুগুম্বা... ঐহাক্না পৈশা অমফাও লৌদে। ঐহাক্না ঐহাক্কী য়ুমগী ফি-রোল শেৎলি। মসি হকচাংসিগী ঐহাক্না মপু ওইদে! চহী ২৬তগী মসি হকচাং অসিগী ঐহাক্না মপু ওইদে। মসি ৱাহৈ অসিগী ঐহাক্না মপু ওইদে। হৌজিক অদোম্না করিগুম্বা থাজবা লৈবা, ঐঙোন্দা থাজবা থরা ফমবা, মরমদুনা ঐহাক্না অদোমদা হায়গে মদুদি ইবুংঙো, করিগুম্বা মফমদা পৈশা থাদরগদি অফবা লম্বীদা খর্চ তৌগনি। অদোম্না ঐঙোন্দা থাজবা থরা লাকপা মরমদুনা ঐহাক্না অদোমদা হায়রগদি অকায়বা লৈব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** লৈতে।

**দাদাশ্রী :** মদুনি অফবা লম্বী। অতোপ্পা করম্বা? হায়রিবা অদু থাজবা য়াবা মদুগুম্বা ওইগদবনি। থাজবা য়াবা! কমিশন লৈতবা, খজিক্তং ফাওবা!

পাই ১ফাও মদুদা কমিশন লৈতবা, মতমদুদা মহাক থাজবা য়াবা কৌই! অসিগুম্না ঐখোয়বু তাকপা ওইবা ফংদ্রি। ঐহাক্তি মসিদা অমসুং মদুদা কমিশন...(চৎপা মতমদা অসিগুম্না তাকপীবা ফংলি!)

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, ঐখোয়বু লম্বী তাকপীদুনা লৈয়ু।

**দাদাশ্রী :** মফমদুদা করিগুম্বা কমিশন লৈরিমখৈ, মদুদা অরান্বা লম্বীদা পৈশা চৎপা ওইরি। হৌজিক ফাওবদি মসি শঙ্গ অসিগী আনা ৪ ফাও খর্চ তৌবা ওইদ্রি, করিগুম্বা ক্লার্ক নত্রগা মহাক্কী মমীংদা। পুম্নমক্কা মশাগী ময়ুমগী পৈশাদগী থবক তৌবা ওই, অসিগুম্বা মসি সঙ্গ, পবিত্র সঙ্গ! মরমদুনা অচুম্বা লম্বী মসিনি। থাদনিংবা মতম, মদুদা থাদৌ অমসুং মদুসু অদোমগী নাক্তা লৈরবা কান্দা, লৈত্রগদি থাদগনু। হৌজিক মসি ইবুংঙো অসিনা হায় মদুদি 'ঐহাক্না অমুক হন্না পীয়ুরা দাদাজী?' মদু ওইরগদি ঐহাক্না হায়গনি, নত্তে, ইবুংঙো! নহাক্না নহাক্কী ব্যাপার তৌখো। হৌজিক অমুক্তি পীরিদনা মহাক্না! মসিদা অমুক-হন্না পীবগী দরকার ওইদে। লৈরগদি শক্তীগী মতুং ইন্না থাদৌ! অরুম্বা কিলো ১০ থাংগৎপা ঙম্লগদি কিলো ৮ থাংগৎলু, কিলো ১৮ থাংগৎকনু। ৱানবগীদমক তৌগদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং সরপ্লস পৈশা অরান্বা লম্বীদা চৎতবা, মরমদুনা মসি লম্বী অসি উহল্লি। মসি লৈত্রগদি, মীহৌ-চাওবদা অদুম চিত্ত লৈদুনা লৈগনি, কোচৎ-চৎতুনা লৈগনি! মরমদুনা জ্ঞানীপুরুষনা উহল্লি মদুদি মফম খরাদা থাদৌ।

## পৈশা থাদৌ সীমনধর স্বামীগী লাইশঙদা

পৈশা য়াম্না লৈরগদি সীমনদর স্বামীগী লাইশঙদা পীবা য়াই, অতোপ্পা মফম অমত্তা লৈতে। অমসুং পৈশা য়ামদবা ওইরগদি মহাক্নাশিংবু চাক-পীজবগুম্বা অতোপ্পা অনিসুবা লৈতে! অমসুং মদুদসু হেন্না য়ামদবা পৈশা ওইরগদি কনাগুম্বা অৱাববু পীয়ু। অমসুং মদুসু কেস ওইনা নত্তবা, চানা-থক্নবা য়ৌহন্দুনা! পৈশা য়ামদবা ওইরগসু দান তৌগে খল্লগদি ঙমগদ্রা নত্রগা ঙম্লোইদ্রা?

## থংউ সীমনধর স্বামীবু

ঐখোয়গী মসিদা অদোম্না সীমনদর স্বামীগী মমীংদি তারমগনিদনা? মহাক হৌজিক হৌজিক লৈরিবা তীর্থঙ্করনি, মহাৱিদেহ ক্ষেত্রদা! মহাক্কী ওপস্থিতি

লৈ ঙসি।

সীমনদর স্বামীগী চহী কয়ানো? চহী ৬০-৭০রোম ওইরমগদ্রা? লাক্ষ ১গা ৭৫,০০০গী চহীনি! হৌজিক চহী লাক্ষ ১গা ২৫,০০০ হিংগদৌরি! মসি মহাক্কী লোয়ন্না মরি, শন্নহনগে। মরমদি মফমদুদা চৎকনি। হৌজিক মপোক অমদি লেমগনি। মসিদগী চপ-য়ুংনা মোক্ষ ওইগদবা নত্তে। হৌজিক মপোক অমা লৈগনি। মহাক্কী মনাক্তা ফমগনি, মরমদুনা মরি শন্নহনগে।

অমসুং মসি ভগৱান্না ৱর্ল্ড পুন্নমক্কী য়াইফবা তৌগনি। ৱর্ল্ড পুন্নমক্কী য়াইফবা ওইগনি! ৱর্ল্ড পুন্নমক্কী য়াইফবা ওইগনি *নিমিত্ত* তগী। মরমদি মহাক হিংলি। চৎথ্রবা ওইরগদি, মখোয়না করিগুম্বা তৌবা ঙমদে। খালি পুণ্যথক পুনশিন্বা ওই।

# মতোনলোম্বা ভক্তি, মদুদা পীবা ওই

ঐখোয়না মোক্ষতা চৎকনি, মদুদা মোক্ষতা চৎপা ঙম্নবা পুণ্য মদুখৈ দরকার ওইরি। মসিদা অদোম্না সীমনদর স্বামীগী ঙক্লিবমখৈ তৌরবদি, মদু পুন্নমক অদোমগী লাক্লে। য়াম্না য়াইফরে। মদুদা মসিগুম্বা নত্তে মদুদি মসি য়ামদে। মদুদদি অদোম্না (পীন্বগীদমক)থনখিবা, মদু পুন্নমক তৌ। মদু ওইরগদি পুন্নমক পাংথোক্লে। মতুংদা মসিদগী হেন্না তৌন্নবগী দরকার ওইদে। মতুংদা হোসপীতাল শারবসু নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা শারবসু, মদু পুন্নমক তোঙান্বা লম্বীদা চৎলি।

# মসিনি হিংলিবা-পাংলিবা দেব

লক্ষ্মীগী সদুপয়োগ(অফবদা শিজিন্নবা)গী খ্বাইদগী অচুম্বা লম্বী করম্বনো হৌজিক? মদুদা হায়, 'মপানদা দান পীবা মদু? কোলেজতা পৈশা পীবা মদু?' মদুদা হায়, নত্তে! ঐখোয়গী মসি মহাত্মাশিংবু চা-ঈশিং, চানা-থক্কবা পীজবা। মখোয়বু পেনহল্লু, মদুনা খ্বাইদগী অফবা লম্বী। অসিগুম্বা মহাত্মা ৱর্ল্ডদা ফংলোই। মদুদা সত্যয়ুগ ওইনা উবা ফংলি অমসুং পুন্নমক লাক্লবদি অদোমগী করম তৌনা য়াইফগনি, মসিখক নুমিৎ চুপ্পা ভাৱনা।

পৈশা লৈত্রগদি, মদু ওইরগদি মহাক্কী মফমদুদা চাক-চাও, লৈয়ু, মখোয় পুন্নমক ঐখোয়গীনি। অমগা-অমগা মতেং পাঙন্বা। কনাগুম্বগী মনাক্তা সরপ্লস

লৈবা, মদুবু থৰ্চ তৌ। অমসুং য়াম্বা ওইরগদি মীওইবা খুদিংমকপু নুংঙাইহল্লু, মদু ফবনি অমসুং মদুগী মমাংদা, জীব খুদিংমকপু নুংঙাইন্বগীদমক থৰ্চ তৌ।

মসি নত্তনা স্কুলশিংদা পীয়ু, কোলেজশিংদা পীয়ু, মদুদা মীং ওইগনি, তৌইগুম্বসুং অচুম্বদি মসিনি। মসি মহাত্মা ১০০% অচুম্বনি, মদুগী গেরেন্টী পীগে, অমবু ওইজরবসু। পৈশা লৈতবা ওইগনি, মদু ওইরগসু মহাক্কী নীয়ত অশেংবা, ভাৱনাসু য়াম্না ফজবা ওই। প্রকৃতিদি তোঙান-তোঙান ওইবা ওই। মসি মহাত্মাদি হিংলিবা-পাংলিবা দেবনি। আত্মা মনুংদা প্রগট ওইবা ওইরি। মিৎকুপ অমফাও আত্মা কাওবা ওইদে। মদুদা আত্মা প্রগত ওইবা ওইরি, মদুদা ভগৱান লৈরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মীয়ামবু চাক পীজবা মদু মহৈ ওইদব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু মহৈ ফংইদনা। তৌইগুম্বসুং মসিদা অদুমক ৱা-ৱা তৌবা ওই, মদুখৈ। মদুগী মহৈ মসিদা অদুমক ফংবা ওইরি। অমসুং মদু মফমদুদা ফংবা ওই, ৱা-ৱা ওইদবা অদু, মদু মফমদুদা ফংলি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি লোয়ন্না পুবা, অসিগুম্না?

**দাদাশ্রী :** মদু লোয়ন্না পুগনি। মসিদা ঐখোয়না ১০পীবা মদুবু লোয়ন্না পুগনি অমসুং ৱা-ৱা ওইরগদি থৰ্চ ওইখ্রে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি হয়েংদগী পীজ-পীথকপা পুন্নমক তোক্লগনি।

**দাদাশ্রী :** চাক-পীজবা, মদুদি অদোমগীদমক পাঙথোক্তবা য়াদবনি। পাঙথোক্তবা য়াদবা মদুদগী পাঙথোক্তনদি নাম্থোকপা ঙম্লোই।

মসিদি অসিগুম্বনি, মসি মহাত্মাশিংবু পীজ-পীথকপা, অমসুং মাপানগী মীয়ামবু পীজবা, মদু খেন্নবা পোৎনি। মদু ৱা-ৱাগী থবক্নি। মসিদা কনাগুম্বনা ৱা-ৱা হায়বা লাকপা নত্তে। মসি মহাত্মাদি! ৱর্ল্ডদা অসিগুম্বা পুরুষ ফংবা ওইরোই, নত্রগা অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ ফংবা ঙম্লোই, মদুদি অসিগুম্বা ওইবা, মদুদি মহাক্না করিগুম্বা অদোমগী লৌন্নবগী অপাম্বা লৈতে, করিগুম্বা অমা ওইরবসু দ্রষ্টিদা খেন্নবা লৈতে মসি মহাত্মাশিংনা। মসি মহাত্মাশিং অসি করম তৌবগে, করিগুম্বা মখলগী কান্নবা-লৌনবা তৌবা লৈতবা, মতমদুদা মসিগুম্বা মহাত্মা

কদায়দগী লৈগনি? মসিদি সংসার পুন্নমক মশাগী ওইজবা থিবা, মসি মহাত্মাদি করেক্ট( অচুম্বা) মীয়াম। অসিগুম্বা মীয়ামদি লৈতেদনা, মসি মালেম অসিদা লৈতেদনা!

অসিগুম্বা অপাম্বা লৈবা ওইদে মদুদি মসি ডোক্টর অসি ঐহাক্কী থবক্কীনি। অসিগুম্না মহাক্কী পূক্নীংদা ৱাখল ফাওবা লাকপা ওইদে অমসুং অতোপ্পা মীয়ামদি ডোক্টর লাকপগা খুদক্তা থন্বা ওইরি মদুদি করিগুম্বা নুমিত্তা কান্নবা ওইগনি। মদু ওইরগদি করিগী অপঙ, হিদাক চানবগীদমক? হকচাং ফরি, মদু ওইরবসু হিদাক চানবা তান্নরি।

মসি মহাত্মা অসি করিনো, মহাক্না ঐহাক্কী করিগুম্বা শান্দ খঙলগদি, মদু ওইরগদি মহাক ভগৱানগুম্বনি, তৌইগুম্বসুং মসি মহাত্মাশিংনা খঙবা ওইদে। মসি মখোয়বু চা-ঈশিং পীথকপা, পীজবা, চাক পীজবা, মদু খ্বাইদগী চাওবা য়জ্ঞ কৌই। ফার্স্ট কোটিগী য়জ্ঞ। খুজি য়োন্দুনা চাক পীজরগসু মদু ওইরগদসু য়াম্না ফৈ! খুজি শান্তি পীরোই। মহাত্মাশিংগা লোয়ন্না ফমলবদি হুরান চীনথী তৌরোই। মরমদুনা মসি মহাত্মাশিংবু পীজবা ঙল্লিমথৈ পীজদুনা লৈয়ু। চা পীথল্লবসু য়াম্না ফবা ওইরে।

## অসিগুম্বা জ্ঞান অসি পীবা মথৌ তাই

মীওই অমনা ঐঙোন্দা এডৱাইস হংলম্মী মদুদি ঐহাক্না পীনিংবা ওইরগদি মতৌ করম্না পীগনি? মদুদা ঐহাক্না থল্লি, মহাক্না পৈশা পীন্বগী থঙবা ওইদে। ঐহাক্না হায়, 'নহাক্কী মফমদা পৈশা লৈব্রা?' মহাক্না হায়, 'হোয়' মদুদা ঐহাক্না হায় মদুদি 'মতৌ অসুম্না পীয়ু।' ঐহাক্না থংই মদুদি মসি মীওই অসি থম্মোয়গী য়াম্না শেংবনি অমসুং অফবা থম্মোয়গীনি। মহাকপু অশেংবা জ্ঞান পীয়ু।

ৱাফম অদু অসিগুম্না থোক্লম্মী মদুদি ঐহাক্না পূকচেল চাওবা অমগীদা চৎলম্মী। মহাক্না মীওই অমবু ঐহাকপু থিনদোক্নবা থারক্লম্মী। খালি থিন্নবা থক্কী। মহাক্না ডোক্টরদা হায়রম্মী মদুদি দাদাজীবু গাড়ীদা থীন্দোক্নবা অদোম চৎকনু, ঐহাক্না থিনগে। মতৌ অসুম্না থিন্নবগীদমক লাকই অমসুং মদুদা ৱারী ৱাতাই শান্নে। মদুগী মীওইদুনা ঐঙোন্দগী এডৱাইস হংলম্মী মদুদি 'ঐহাক্না পৈশা

পীনিংলবদি মদু ওইরগদি কদায়দা পীগনি, করম্না পীগনি?’ ‘বঙ্গলা শারি, মদু ওইরগদি পৈশাদি তানলমগনি?’ মতুংদা হায়রম্মী, ‘বঙ্গলা শাই, সিনেমা থিয়েটর শাই। হৌজিক লুপা লাক্ষ ১গা ২৫,০০০দি ঐহাক্কী খুঙ্গংদা দানদা পীরি।’ মদুদা ঐহাক্কা হায় মদুদি ‘য়াম্না তাম্বা ওইরগদি, আপ্তৱাণী(ৱোলুম ১৪গী সেরিজ, দাদাশ্রীগী ৱাহৈদগী খোমজিন্দুনা শেম্বা)অমতংদি নম্মু।’ খুদক্তা মহাক্কা হায়, ‘অদোম্না হায়গদৌবা থক্তা ঙাইরে, মসিদি ঐহাক্কা খঙলমদে। ঐহাকপু কনাগুম্বা অমত্তনা খঙহল্লমদে।’ মতুংদা হায়, ‘মসি থা অসিদা খুদক্তা নমগনি।’ মতুংদা চৎতুনা হংলম্মী মদুদি পৈশা কয়া চংগনি? মদুদা হায় মদুদি ‘২০,০০০ ওইগনি।’ খুদক্তা হায় মদুদি ‘লাইরিক মসিথৈ ঐহাক্কা নমগনি।’ ঐহাক্কা থুনা তৌবগী থিংলম্মী মদুগী ইবুংঙো অদুবু।

হায়বদি অসিগুম্বা অফবা মীওই ওইরগদি মহাক্কা দান পীম্বগী খঙবা ওইদ্রগদি, অমসুং মদুসু হংবা ওইরগদি মঙোন্দা হায়গনি। ঐহাক্কা থংই মদুদি অসি অচম্বনি। মহাক্কা খঙবা ওইদ্রগদি মদু ওইরগদি মহাকপু খঙহল্লি। মসি নত্তনা খঙবা ওইরগদি ঐখোয়না হায়বগী দরকার ওইদেদনা! নত্রগদি মহাক্কা নুংঙাইতাবা ফাওগনি। অমসুং নুংঙাইতবা ওইবা অসিগুম্বা ঐখোয়না পামদে। মসিদা পৈশাগী দরকার ওইদে। সরপ্লস ওইরগদি মতমদুদা পীয়ু, মরমদি জ্ঞান-দানগুম্বা অতোপ্পা দান লৈতে জগত অসিদা!

মরমদি মসি জ্ঞানগী লাইরিকশিং কনাগুম্বনা পারগদি, মদু ওইরবদি কয়াম য়াম্না অহোংবা ওইগনি। মরমদুনা লৈরগদি পীয়ু, লৈত্রগদি, ঐখোয়গী মসিদা করিগুম্বা দরকার ওইদে মফমদুদা!

## সরপ্লস থক্কী দান

**ৱাহং-হংলিবা :** সরপ্লস করম্ববু কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** সরপ্লসতি ঙসি অদোম্না পীবা অমসুং হয়েং চিন্তা ওইবা অসিগুম্না ওইরগদি, মদুবু কৌদে। হৌজিক থা ৬ ফাও ঐখোয়না অৱাবা ওইরোইদৌবা, অসিগুম্না ঐখোয়না মাম্বা ওইরগদি থবক তৌ, নত্রগা মদু তৌগনু।

মসি নত্তবদা মসি থবক তৌরগদি অদোম্না অৱাবা থেংনররোই। মসি থবক্তি মশা-মতোম্তা মপুংফানা ওইবা ওই। মসিদি ভগৱানগী থবক্নি। তৌরি-

তৌরিবা অদু, মখোয়গী অদুমক হেক্তা শোয়দবা ওইবা ওইরি। তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু ঐহাক্না অদোমপু চেকশিন্নবা হায়গদবনি। ঐহাক্না করিগীদমক অসিগুম্না হায়বা পাল্লিবনো মদুদি ব্রাখল খন্দনা খঙদনা তৌবা? ব্রাখল খন্দনা খঙদনা চোংথৌ অসিগুম্না ঐহাক্না করিগদমক্তা তৌন্নবা হায়গনি? ঐহাক্তি কান্নবগীদমক চেকশিন থৌরাং পীরি মদুদি 'মমাংগী মপোক্তা অদোম্না পীথি, মরমদুনা মসি ফংলি হৌজিক, অমসুং ঙসি পীরগদি অমুক হন্না ফংগনি। মসিদি অদোমগী ওব্ররড্রাফ্টনি। ঐহাক্না করিগুম্বা মরি লৈতে। ঐহাক্তি অদোমবু অফবা মফমদা থাদহল্লি, মসিখক্তনি।' মমাংগী মপোক্তা পীরম্মী, মদু মসি মপোক অসিদা লৌরি। মখোয় মীয়ামদা করিগী কোক লৈতবগে? মদুদা হায়, 'কোক্তগী পীবা ওইদে, মথক্তগী ওইনা! ঐখোয়গী বেঙ্কতা ওব্ররড্রাফ্ট ক্রেডিট তৌরগদি মদু ওইরগদি অদোমগী খুত্তা চেক লাক্কনি।' মরমদুনা বুদ্ধি অফবা ওইরগদি অমুক হন্না জোইন্ট তৌবা ওই পুন্নমক।

# লৌবা মতমদসু কয়াদা মরিক চুন্না খঙবা

মসিদা লাইরিকশিং নল্লিবা খালি মদুখক অমসুং মসি ফাওবদি ফজনা থাজে মদুদি মসি লাইরিকশিংগী পৈশা লাকপা ওইগনি, মশা মতোম্তা। মদুগীদমক *নিমিত্ত* লৈ মতুংদা। মদু পুন্নমক লাক্কুনা ফংবা ওই। মহাক্না করিগুম্বা হায়বা নত্ত্রগা নিবা ওইবা ওইদে। কনাগুম্বগী মনাক্তগী নিরগদি মহাক্না নুংঙাইতবা ওইগনি। মতমদুদা হায়গনি অসুক য়াম্না? 'অসুক য়াম্না' হায়বগা মদুগা লোয়ন্না মহাক্না নুংঙাইতবা ওই। অসিগুম্না ঐখোয়না লেংদনা লেপ্লেদনা? অমসুং কনাগুম্ববু নুংঙাইতবা ওইবা হায়বদি ঐহাক্কী ধর্ম লৈত্রে। মরমদুনা খজিংতং ফাও ঐখোয়দগী নিবা ঙমদে। মহাক্না মশামক্না হরাও–হরাওনা হায়বা ওইরগদি ঐখোয়দগী লৌবা ওইগনি। মহাক মশামক্না জ্ঞানদানবু খঙলগদি লৌবা য়াগনি। মরমদুনা কনা–কনাগুম্বনা পীরিবদু, মখোয় মশামক জ্ঞানদান খঙদুনা পীরি। মশা–মতোম্তা পীরি। হৌজিক ফাও নীবা ওইদ্রি।

মসিদা লাইরিক নল্লবদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়গী পৈশা চীং–লেমজবা ওইগনি অমসুং পুণ্য লৈরবা কান্দা মতাংচাবা ওইরি। পৈশা অফবা ওইরগদি নম্বা ঙমগনি। নত্ত্রগদি নম্বা ঙমদে অমসুং মদু মতাংচাবা ওইদেদনা!

# লমজেন তান্নবা ওইদে মসিদা

অমসুং লমজেন-তান্নবদা মদু ঙাংবগী মথৌ তাদে। মসি লমজেন-তান্নবগী লাইন ওইবা অদুগুম্বা নত্তে মদুদি মসিদা ঙাংথোকপগা মদুদি মসি মহাক্কা ঘী মসিখৈ হায়রি অমসুং মসিনা মসিখৈ হায়রি! ৱীতরাগশিংগী মদুদা অসিগুম্বা লমজেন-তান্নবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং মসিদি দুষমকাল (ফত্তবা মতম) ফমখ্রে অসিগুম্না। দুষমকালগী মওং-মতৌ পুন্নমক। লমজেন-তান্নবা, মদুগী খ্বাইদগী কীনিংঙাই ওইবা অনাবনি। মীওইবনা লমজেন-তান্নবা ওই। ঐখোয়গী মসিদা অসিগুম্বা করিগুম্বা মওং-মতৌ ওইদে। মসিদা পৈশাশিংগী নিবা ওইদে।

# দাদাজীগী থম্মোয়গী ৱাফম

চিঠি ময়াম লাকপা ওই মদুদি ঐহাক্কা মতৌ করম্না শেন্নগনি মসিনি অৱাবা। মরমদুনা হৌজিক অতোপ্পা মীওইশিংনা নম্লগনি। ঐহাক্তি মসি ফ্রী ওফ কোস্ট পীরি, অহান্বা ওইনা, ফর্স্ট টাইম। মতুংদা মীয়াম্না মশা-মতোম্তা নম্বা ওইগনি। মসিদি ঐখোয়গী মসি জ্ঞান ফোঙদোক্লক্লিদনা মদুবু মুৎতন্বা, মরমদুনা নমহনগনি। অমসুং কনাগুম্বা অমা নম্রগা অমা ফংবা ওই, মশা-মতোম্তা হোয় হায়রি। ঐখোয়গী মসিদা তৌদবা য়াদে, অসিগুম্বা পোৎ লৈতে। ঐখোয়গী মসিদা 'লো' লৈতে। 'নো লো মদুনি লো।'

# অপাম্ববু থাদোক্লগদি সমাধি

সমাধি করম কান্দা লাক্কনি? সংসারদা করিগুম্বগী মথক্তা খ্বাইদগী নুংশিবা ওইবা, মদুবু থাদোক্লবা কানদুদা লাকই। সংসারদা করিগী মথক্তা খ্বাইদগী নুংশিবা ওইবগে? লক্ষ্মীজীগী মথক্তা। মরমদুনা মদুবু থাদোক্লমউ। মদুদা হায়রি মদুদি থাদোক্লগে, মতমদুদা হেন্না-হেন্না লাকপা ওইরি। মতমদুদা ঐহাক্কা হায় মদুদি 'য়াম্না লাকপা ওইরগদি য়াম্না চৎহনখো।' অপাম্বা পোৎপু থাদোক্লবদি সমাধি ওইবা ওই।

# অসিগুম্বনি মোক্ষকী লম্বী

মসি ইবুংঙো অসিনা লৈজবা পুম্ববু কখোল্লি। মতুংদা ঐঙোন্দা হংলক্ষ্মী

মদুদি মোক্ষকী লম্বী লৈব্রা? ঐহাক্লা হায়, ‘মসিনি মোক্ষকী লম্বী, মসিদগী তোঙান্বা মোক্ষকী লম্বী করম্না তৌবগে?’ ঐখোয়গী নাক্তা লৈবা মদুবু কখোকপা মোক্ষকীদমক। মদুগী মমিং মোক্ষকী লম্বী। অরোইবদদি মৈদা থাদোক্কনিদনা? অরোইবদদি মৈনা চুবা ওইরি, কনাগুম্ববু পীদনা লৈবা য়াব্রা? অদোম্না করম্না মান্বগে?

ইনাক্তা লৈবদু, মদুবু কখোকপা অমসুং মদুসু অফবা থবক্কীদমক, মোক্ষকীদমক নত্রগা মোক্ষ পামজবশিংগীদমক, খঙনিংলিবশিংগীদমক নত্রগা জ্ঞানদানগীদমক কখোকপা, মদুনি মোক্ষকী লম্বী।

**–জয় সচ্চিদানন্দ**

## শুদ্ধাত্মাগীদমক প্রার্থনা (নুংতিগী অমুক্তং ঙাংগদবা)

হে অন্তর্য়ামী পরমাত্মা! অদোম জীব খুদিংমক্তা বিরাজমান ওইরি, মদুগুম্না ঐঙোন্দসু বিরাজমান ওইরি। অদোমগী শক্তম মদু ঐহাক্কী শক্তম্নি। ঐহাক্কী শক্তম শুদ্ধাত্মানি।

হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! ঐহাক্না অদোমবু অমত্তা ওইবা ভাৱদগী খ্বাইদগী ৱাংবা ভক্তীগা লোয়ন্না খুরুমজরি।

অজ্ঞানা মরম ওইদুনা ঐহাক্না**দোষ তৌখিবশিংদু, মদুগী দোষশিং পুম্নমকপু অদোমগী মাংদা হায়দোকচারী। মদুগী থম্মোয়শোক্না য়াম্না নুংঙাইতবা তৌজরি অমসুং অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। হে প্রভু! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ তৌদন্বা, অসিগুম্বা অদোম্না ঐহাকপু শক্তী পীবিয়ু, শক্তী পীবিয়ু, শক্তী পীবিয়ু।

হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! অদোম অসিগুম্না ক্রিপা তৌবিয়ু মদুদি ঐহাকপু খেৎন্বা-ভাৱ নান্থোক্লবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তম ফংহনবীয়ু। ঐহাক্না অদোমদা অমত্তা ওইবা শক্তমদগী তন্ময়াকার লৈগে।

**(তৌখি-তৌখিবা দোষশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ।)

## প্রতিক্রমণ বিধি

প্রত্যক্ষ 'দাদা ভগৱান'গী সাক্ষীদা, হকচাং ওইরিবা(কনাগুম্বগী মথক্তা দোষ তৌখিবা, মদুগী মীওই অদুগী মমীং)গী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী য়োগ, ভাৱকর্ম-দ্রব্যকর্ম-নোকর্মদগী তোঙান্বা ওইরিবা হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান, অদোমগী সাক্ষীদা, ঙসি ফাও ঐহাক্না তৌখিবা** দোষশিং, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি। থম্মোয়-শোক্না নুংঙাইতবা তৌজরি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ কৈদৌঙৈদা তৌদনবা, অসিগুম্না লেংদবা ৱাশক লৌরি। মদুগীদমক মতোনলোম্বা শক্তী পীবিয়ু।

**অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা, বিষয়-বিকার, কষায় অসিনচিংবদগী কনাগুম্ববু অৱাবা পীখিবা, মদুগী দোষশিংবু পূক্নীংদা নীংশিংউ।

## English Books Published By Dada Bhagwan Foundation

1.Adjust Everywhere
2.Ahimsa : Non-Violence
3.Anger
4.Aptavani-1
5.Aptavani-2
6.Aptavani-4
7.Aptavani-5
8.Aptavani-6
9.Aptavani-8
10.Aptavani-9
11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel
12.Avoid Clashes
13.Brahmacharya
14.Death: Before, During &After
15.Flawless Vision
16.Generation Gap
17.Harmony in Marriage
18.Life Without Conflict
19.Money
20.Noble Use of Money
21.Pratikraman
22.Pure Love
23.Right Understanding to Help Others
24.Science of Karma
25.Science of Speech
26.Shree Simandhar Swami : The Living God
27.The Essence Of All Religion
28.The Fault Is Of The Sufferer
29.The Guru and The Disciple
30.The Hidden Meaning Of Truth & Untruth
31.The Practice Of Humanity
32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles
33.Whatever Happened is Justice
34.Who Am I ?
35.Worries

❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages: Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc

❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

**Website : www.dadabhagwan.org**

# Persons to Contact

**Dada Bhagwan Parivar**

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway

Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.

Tel : +91-9328661166/ 9328661177

Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 7200740000 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

| | |
|---|---|
| **U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**<br>Tel:+1 877-505-DADA(3232)<br>Email: info@us.dadabhagwan.org | **U.K: Dada Darshan (UK)**<br>Tel: +44 330-111-DADA(3232)<br>Email: info@uk.dadabhagwan.org |
| **Germany** :+49 700 32327474<br>**UAE:**+97 1557316937<br>**Kenya:**+254 795-92-DADA(3232)<br>**Dubai**: +971 501364530 | **Australia**:+61 402179706<br>**New Zealand**:+6421 0376434<br>**Singapore:** +65 91457800 |

**www.dadabhagwan.org**



# দানগী ইচেল

মখল মরীগী দান লৈ:-অমনা চান্নবগী দান, অনিসুবদা হীদাক্কী দান, অহুমসুবদা জ্ঞানদান অমসুং মরীসুবদা অভয়দান।

চাক-লাম্মীবা মীওইববু পীজরবদি, মদুনা চান্নবগী দান। অনাবা মীওইবু হিদাক ফ্রি ওফ কোস্ট পুরক্তুনা পীবা, মদুনা হীদাক্কী দান। মীয়ামবু জ্ঞান তাহন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা মায়-ওনশিলহল্লবদি অমসুং মীয়ামগী য়াইফনবা অসিগুম্বা লাইরিক নম্বা, মদুনা জ্ঞানদান। অমসুং কনাগুম্বা জীব অমত্তবু নুংঙাইতবা ওইহন্দবা, অসিগুম্বা শাজৎলোন থম্বা, মদুনা অভয়দান।

-দাদাশ্রী

मूल दीपक से प्रकटे दीपमाला

dadabhagwan.org

ISBN 978-93-91375-45-4

9 789391 375454

Printed in India

Price ₹ 60

Manipuri